ফোঙবা :— শ্রীচন্দ্রকুমার সিংহ।
নোংমৈবুং অয়াংপল্লি।



ফোঙবা—১৯৭০
কপি :—১০০০

*Printed at* :—The Seven Union Press, Paona Raod. IMPHAL

# ওইজ তানবা

হৈত-শিংদ হৌরকপা শোন্না, মীঙমদনা হিংলরে। কোরৌ মসেক লাংবা হানবা, থাজ মঙাল হান্না উবা, তাইবং খোঙচং মাঙথাবা, থকওইবশিংনা থাগৎ-মীথেম ৱাহৈদা ইথৌদাং ওইদবা থৌরম কয়া কয়া পাঙহল্লকই। থৌদা ৱাঙাং য়েৎঙমদ, হায়বদ ইল্লকপনস্থু অতুম মচানবিরকই। অতুম্নদি ওইরবদা, থৌশিল ফবা, মী শীজিন্নবা হৈবশিংসিনা ইথৌ শূমল ইরলফাও পীথোক্লিংগ্রবা করাম পোরমদা পোচত্তুনা মশাগীদ য়েংলক্লবা তানফমদদি ইশাগী ফিরেপ তান্দুনা মখোয়গী মায়ওক্তা লেপখি। কাইনথংদা ইশাগী ওইবা খোরমদা নমজা নমথেক্লবা মখোয়গী মীখোন্দবা ৱাঙাংনা থম্মোই মৈচুরবদা মখোয়গা শীংনাইগ্রবা লানফম কয়াদা লাম্থেংনবা তাখি। খাঙবা ঙম্মল্লক্তবদগী অমদি শাউবনা নমহুৎখিত্নুনা লান্দবশিংদস্থু ইপুকচেল পিকপা উৎখি। ইপুন্সিগী অয়ুকমক্তদা শেন্দানবা ওইদবা য়াদ্রবা ঐগী ইমুংদা থাইবুংবা হৈনৌজোম য়ুম্বাল থুংবনস্থু ইপুকচেল চাউঙমখিদে। খল্লুরগা ইকাইজৈ! তৌবদি, পুকফত্ত লায়নানা লায়পু ওইত্নুনা পুন্সি পোলোই তাল্লগদবশিংসিনা অতৈ মীশোনশিংগী মবুকস্থু নাহনখিদবা নত্তে। লৌথীবশিংসিনা মখোয়গী মাঙগী অমোৎপশিংদি খোঙলেপ্তুবা

মতম্না লোৎপিঞ্রে খঞ্জরি। অদুবু মীওইবনা অশি মচা ওইরবস্থু মখোয়গী থবক্তি মীরোল খুদিং চৌম্বাং য়ৈনা ৱারিনবদগী তানখওনবনা শিনাইররোই। অদুনা ইথরায় ঙৌথিবা মখোয়গী মীওং থৌওংগী ৱারীসিগ্ন ল্যান্থোকচরি মথেল অমা ওইনা লোলহৈতবা ঐগী 'ওইজ তানবা' দা।

---

## (১) ৱাখল লয়্নোও

ইং কুমজা ১৯৬২গী ৯শুবা থানুংগী নোংমগী নোংথক ঙাননবা নোংচুপ মায়ওনবশিংগা মায়ওক্নবা খুংথিলগী মতমনি। য়ুমগোইবী পুন্সিদা অহল ফম ফংলিবী থম্বাথৈদা মবুং জয়কুমারনা, অতৈনা নিংথিনা শোয়্নদ্রবা মশেল অমুমচাবু ফহন্নিংদুনা তাকপিতম্বিরম্মী। মশেল্লা তারকপদগী লোয়নবী অহনসিদা খোয়শাউ খোন্থোক্না ৱাহংলি, "করিনো, থম্বাল্লে। ঐগী ৱাংলবা ৱাখল পুম্বগী মায়ওক্না ইবাইনা আউতাক তাক্লম্মী হায়বসিবু চুম্বা?" মিংগা চানবা অমুমচাগী ঈতা থাগী থামম্বা থৱান শকউদবা অহিংবু ওমজৎ কুদুনি। মায়খোওম্ব খোয়থিং নোংহৌনা ফুপখিবনা পুংমম মমথ্রে। শেম্বিবা মপুনা শঙলকপা মচুবু থানদবা নত্তে। অফ মঙাল লমজং খোঙফাত্তবা, হুংদা মম্বনা কুপ্লবা থম্মোই পুবনা পানগী মচুম্থু পল্লুবদনি। ফীফী কম্বা মরাহৈ

লূপ্না রাহংদা পাউখুম্লকই খম্বাল্লে, "খোইনা থীবা পল্লমদে, ঐখোয়বু মীনা থীনা ভাংনবদা ইকাই মৈশা কাওরবা তাচৌনা ঐখোয়গী অশোয়বা শেমদোক্লবা তম্বিরম্বদনি।" খোয়না চপ্পম্বা লম্বীনা চুন্না পাক্লকপা মতমসিগী থেকনা খুজিল্লক্লবা থম্মোই চেনব-শিংগা চান্নথ্রবা, ভমথৈ খওদবা অমোৎপা কোমদা থাম্বা য়াদনা কুমথথ্রবা অমুমচানি। মণ্ডক নোয়খোক শংকৎ খোল্লাউ থারকই "মরম খুদিংমক্তা লোৎথনিংডাই ওইদ্রবীনি চৎথ্রবী নমৌ শকহেন্দবী মমিংদ তম্ফা ওইবীদো। ইচা পিবাহনগী মরাইবরুসু থীথ্রেদো। লমডানবী লল্লেবী শাগৈরেন্দা পোক্লবী জাৎ হেনবী অমত হেক থুংলদ মভোন্দা। পাথং পুন্সি তংনরক্কদোরবা ইচাগী পামজবা ইমৌ খিখিনি হায়না, খাইন রাহৈদি মরূ হুনখিদ্রবসু, নচানা মমিং চৎচরক্লবা ঠীকাদার অমা ওইবনসু মপিজা মীনোক তাওম-লক্তবনা মপুক্কিং নুংওল্লকপদগী, মপাম লমদম চীংখোও খুন্নোদা পোকচবী মমাগী নাক্তা থাথ্রবনি। খুন্নৌ চম্নুরা চীংয়া তাবী মহাকসি, চীংনুংদা চাউরকপী শাগৈ জাত্তমু তোল্লবী, নংবনসু চাক্লিবগুল্লবী মমা লুখ্রা ইবেচাগী মচানিদো! মথাদা পোম-শাৎনরিবী মনাও নুপী মণিতোম্বীগুম অয়েংবগী হাইফেৎ মিৎপন-ফম ওইবী তম্ফা ওইরবদি অহুম মপেন্থোক্লগদবনি। ইচানসু মনাউ-সিমক খোয়দারক্লমাল্লে। অহুমকসু পামদ্রি। অহুনা পুন্নমক্তা রাত্তবী অতৈ কনাগুম্বীবু ইমৌ হাপখিবা তারি। অহুবু ইপা ইচাগী তাইবং রাখলসি মণ্ডওইহনগদোরে নখোয়না। তম্ফাবু তাহোক্লহু, কৌশিল্লু হায়রম্মী তমলি।" খোন্নেম তাংকক লাক্লে,

তপ্পা অথুপ্পা লীরক্লে "অদুগা বিদ্যা লাইরেম্বীনা চানবিদ্রবা ইচা অতোম্বা ইবোতোম্বীবুস্থ পামজ পম্থুং য়ৌদ্রিবঙেদা মহৈ তম্বা তোকহল্লগা অচাবা শিন্দা খাজিন্নবা তাক্লম্মী হায়রি। ইপুক্তা মফম কংলরোইদবা ৱাফম্লি মসিস্থু। স্কুলগী অৱোইবা পরিক্ষা লানঙমদ্রবস্থ ইচাগী 'Certificate' তি পরিক্ষা লৈদুনা পায়-হনখিনি। শেন্না ঙমদবা করি লৈ? অদুনা ঐনা খোঁশীন পুরেল ওইদুনা লিংবা লেম্না ঙাল্লিবা ইখুনগা মহৈ শঙলেন্দা শিনফংজদুনা লৈরম্বা কায়ন পন্না খনগ্রবা ওঝা ইবোবী, ইমোবী, অদুগা অচৌবীখোয়গী ঐনা ইৱৌশিং লৈবদগী ঙমদুনা ইশরুক ওইহৌরবা শেনফমসিস্থু ময়াঙ কংহনবা য়াদ্রি। অদুগা, স্কুলগী 'Secretary' ওইরিবা ঐগী ইখুৎ চল্লবা লুপা ৮০০০ লোমসিস্থ ঐবু য়ানিংদবা খোঁবুমিন্নবা কনাগুম্বনা কল্লক লৌহৌরকপদা অমুমচামক্কী ওইদৌরিবনি। অদুগা, ইবাইনদি শেনফমশিংসিস্থ মখোয়গী অচুম্বা লম্বীদা লমথুং তাহনখিনবা তম্বিরম্মী! পামেল উকং পুকহোবগুম ৱাখল ময়োল য়াওদ্রবা অপঙ লায়থুং পক্লবা মীদা তাক্কদবা ৱাবু ঐঙোন্দা, সেক্রেটরী অমুমচাদা... ... ...। ইচা হুপা অনিগী য়াইফ তানবগা লোয়ননা ননাউ হুপী হুমিৎ-লৈগী তোমথিন ঙানবী, নচা পিবা অনিগী মচল ওইরিবী হুংশিরৈগীস্থ অফবা থুংদবা য়াদে। অদুগা, থম্বাল্লে, ঐসি মথংগী মীখন্দা মীরেপ ওইগে তাল্লিবনিদো। অদুনা ঐ মরম খুদিংমক্তা হন্থবা য়াদে। চৎলিবা অপাম লম্বীসিদগী তুংহন খোংথাংলবদি মীনা মীথানরোই ঐবু। অদুনা নংস্থ ইতুং ইল্লু; ননাউবুস্থ

লমতাকপিয়ু; নচাশিংবুসু মথৌনা মমি শামহনগনু।" রাহৈ অমফাও কেনভমথিদে থম্বাল্লে মপুরোইবগী রাঙাং ফিশাদা।

মথা অমুক শমথরকই থোয়জ চাউজ র'রেং কয়া "ভাল্লিবনি ঐদি খুনসিদা। অয়ুক্কী ওঝা অমা ওইনম্মু তলব চারিবা ঐসি আচৌবা স্কুলগী সেক্রেটরী কমসু ফংবনা মায়গৈ শোমগী খুঙ্গাশিংনা থোইনা হেন্না ইকাই খুম্নরিবনিদো। খুঙ্গং লুন্সি লেল্লবসু মীরক্তা 'Territorial Council' গী মীশক অমা ওইহনা লৈঙাক থৌরম পুবশিংলক্তা ইফমসু ফংনিংলি। অদুগা ঐ ওইজবদ থিগদবনি। অকাবদ তানগদবনি। য়েক্লবশিংনা লংলবা ইপোকপু হন্না হন্না মকহনগ্রবসু ফংলকই অনিঙবমথৈ মথং মথং। য়াইক তানবা লম্বীদা শীংলেপ্তবা পঙ্গাউশিংনা থৎনা থৎনা ওইরি খোঙলোয়নবী অনিগী মপুসু। ইরল লৈবদা খুঙ্গং লমদম অশোমদা য়ুমথোঙ য়ৈনা ইমিং পন্নরক্লবনি। মী-রোমদ য়েংলবসু রোপ্পা নত্তে অমুমচা। ইকু অনিগীসু অবোক মরিনি; তরুক-সিনা মরীদগী মরী থোরকপনে, খুল্লোল-লৈরোম্নবনা য়াম্বনে, ঐগী নত্তববু য়াওরক্কে। মুংঙাইবনি ঐনা য়াইফুবা, থাগৎনিং-ঙাইনি ঐগী থবক। কনাদসু থৌগায় তৌদবা, কনাগীসু মরল হাত্তবা ঐনি।" মরাহৈশিংসি মশক খঙবনা তাবদা নোক্তবা ঙম্লোই। রারক্তবা হুরাল শাজৎনবা মচানা মীচা নিংঙোল খুদিং মাঙহন্নকপদা শোকপ্রবী তম্ফা অদুগা, তোল্লবী, পাময়ান্দুনা হিংজরকপী মমা ইবেচাবু মুংশিনা তৌজবশিংদা মাসি অথোইবা য়েক্লবা ওইরি হায়বসি খঙবা ঙমজদ্রি। ওঝাশিংনা পেম্নদ্রবা

মহাকনি। মচাগী পরিক্ষাস্থ লৈগনি হায়রি। মাগুম্বনা লৈবাকী সেবাস্থ তৌনিংলি। ওক্তবদগী মচা ইবোচানা মুপিঙ্গাশিংগী থাক লৈথা তাহল্লি। মানস্থ তম্ফাগুম্বী য়ুমগোইবীবু কদাইদগী ফংলক্কদগে? অদুবু থোয়জারি।

ওঝা অহাপ খুদিং 'স্কুলদা দান' 'স্কুলদা দান' হায়না শেনখোমদুনা মরম্মাই শেঙ্গাউ লিংখ্রে। মকোক মথং অদুগা মরকী ওঝাশিংদগীস্থ মহৈগী লাইশঙ শেমগৎ-শাগৎনবা অতৈ শেনথায় কয়া খমদুনা মশাগী ওইবা শেনবুন শাখ্রে। কত্ত লৌহৈবনা মতম মতমদা তেংল্লবা ওঝাশিংগী থারোইগী তলব শিংস্থ হাৎনবা শীল্লকই অমস্থং হাংলকই। অদুগা, য়াউমচাগুম চল্লবা শিংজদ্রবা মথুম্বাশিংনা মাবু কি তুকচনা তৌবদো নাপম্মা থুমহৎখিবনা মখোয় পুম্বা মাগীনি খঙবা শারি। মবাইমরুস্থ মাবু মশেম্ম হায়নিংদ্রে। লোয়ননা, অউই ব্রাথল চেনবা মীওইশিংনা লান্দবশিংবু লৌশিং মৈরা চুথৎলগা অফ কত্ত তাক্ল-ক্লদৌরে। মখোয়না মাগী অমম্বা লাম্ভোরক্লবা মতমদা মাবু কৈশালগুম খন্নরকনি।

অমুক তাবিরো মাগী লোইদ্রিবা পুক্লিংগী ব্রারোল। "অদুবু, ঐনা তৌবা শীংথানদবা মীস্থ মরৈরি। ইথুম্নুংদা লৈরিবাশংগী মনুংদা ইথক্কী অহল নিপামচা অদুগা মনাওনি। অদুদগী, খুম্নোরোমদগীনা ভাইদগী য়েক্লবা ওইরক্লবী ইবেচাগী মনাও মুপা তোমচৌ অমস্থং মখোয়গা য়ুম্নথংনবা অমুখোইনি। মখোয় মরিসি ঐগা স্কুল অচৌবসি শেমগৎমিম্নবা ইখাদা লৈবা

মী ঙাক্তনি। মখোয়নস্থ চৎপ্রবা ওঝাশিংগী ঐনা লৌহৌরবা শেনকমশিংসি পীথোকখিনবা তক্তনা তকশিল্লি। অহুবু ঐনা মঙল্লি। তাদা নিপামচাস্থ ইতৈমা ইতোবীস্থ মচা অঙৌবগী ঐগী স্কুলদা ওঝা ওইরম্বগী অকোনবা থাগী তলব পীথোকখিব্বদগীস্থ ঐগা য়েক্ক মরী লৈনরক্লে। ঐগীদগী তোকখিবমথৈদি থা অমমমগী পৈশা কথোক্লম্বনি। হায়জন্থনা নত্রগা চীয়োন তোহ্নুনা পায়শিলহৌবা মখোয়গী পৈশানি। অতুগুম্বা শেন্দু ঐগী নত্তনা কনাগী ওইগদগে? লৈরিবা ওঝাশিংগী মমুংদা 'School Managing Committee' গী মীস্থ ওইনা ইতুং ইল্লিবা ওঝাদি পিশক্লি। মানা ওঝা য়াইমা অমস্থং ইবোচৌবুস্থ ঐগী মী ওইহল্লি। চান্নবা 'Head Master' গোপালনা এম, এ, তম্বা চৎখিবদগী মহুৎ শিল্লিবা সনাজাউবস্থ ঐগী মীনি। অতুগা ঐবু তশেংনা হেক মুংশিদবদি ইম্ফাললোমদা হোংকৎপ্রবা খবরা ঐগীদা তৌরিবা অপাবীনি। মাগী মী ওইরি অহল ওইরবা ইম্ফালদগী ওঝা কুলচন্দ্রদি। ওঝাশিংগী মরক্তদি ঐবু য়াবসি য়ামখ্রে। অহুগা স্কুল লিংমিন্নবশিংগী মমুংদস্থ কনাদস্থ থৌগায় রাজাও রাহৌদবনা য়েংথিনবা মউদি ছন্দ্রি। অহুগা 'Chairman' তোম্বস্থ ইমিনি। কেরাণী কৈজাওস্থ ঐদনা হাপ্পনি। পনথ্রিবশিংসি নত্তবা অতৈ মীওইশিংদি ইথাগী ঐনা ওম্বা অঙাং ঙাক্তনি।

"ইচা তোম্বগী তুংদা হৌরক চাওরকপা তোমচৌগী মচা খোম:দাল, অমুথোইগী অমুংচৌ অহুগা মনাওগী মণিজাউংথোয়দি

লেপ্তুনা কারকপনা মহৈদা মখোয়না ইচাদগী কাখিদৌরে। ইচাগা মান্নরিবা হায়ববু তিন্নরিবা কালাদমক ঙায়রে। মসি খল্লুবদা য়াইবী মপান থোক্কদৌরে, অশি খোঙজিন য়ৌদৌরে। নংদি খন্দবরা?" নেম্না থেম্বা রাহংনি। পাউথুমন্দ্রিঙৈদা শমথরকই অমুক "ইচাবু এগী স্কুলদা তলব শোয়দনা চাহনগানি। মচল হুপী মু শিরৈ হুপীমচাশিংগী স্কুলদা লমঙানবী অমা ওইনা মহৈ তাম্লি। মাদি হৌমিন্নরকপী খুন্নৌ নিংঙোল লোইদাং, থরোঙৌ অহুগা মণিতোম্বীখোয়দগী রাংখ্রে লাইরিক্তা। মহৈ তম্বা তোক্কুরগদবনা মখোয়দি খুন্নুং লৈশাবী ভশেংলগনি। মশোমদা খল্লগদি হুংনাং মৈরিসি খরা নেম্বগুমই। অহুবু, মণি-তোম্বীমক্কী মশক উরগদি হৌজিকমক ইচা ইবোচাবু অপাম্বা কন্যাগী বর ওইহন্নিংলি। তম্ফাগা মরী লৈননা মপা অমা ওইবগা থাক য়ৌগ্রবসু ইচাগী ইথুংচাবী ইমৌদি থিবা লেপ্লোই।" মীয়ামগী শেনয়াম মশেল ওইনা পুথোক্লগা শেন্দোই চারিবা অমুমচা রাহৈ লক্ষ্ফেদা হাইরক্লে "ওঝা গোপালগী মছুৎ শিল্লিবা সনাজাউরসু ছুটি পাম্বসি কুইরক্লবনি। অদুদা, অমতমক থিখিনি। অদুসু কনাবু ফাগদবনো খঙজ্রি। পুক্লিং লম্বী তিন্নবা ইরা তাগদবা ইখাগী অঙাংদ অঙাংনি এনা খিরিবদি। ইরম মচা সনামচানা এম, এ, তম্বা চৎখিদ্রবদি মাবু হেক খাংজিল-লগদবনি। ইচানুপী মুংশরৈগসু চান্নজরিবা মাসি লাইরিক লাইশুদা য়াম্না মীখোই মীহৈনবনি। এগী স্কুলসি ইচা ইমাকা ওইহন্নিংলি।" "মাদি অমুক লাকঅনি, তমখন্নরোই হায়রকই

হায়বদু মপাদি তাদ্রিবরা ?" পুক্নিং তিন্নবা উৎলকই খম্বাল্লে। "অদুদি খোয়রাংবা রাখল লৈচিল তাক্লগনি। অদুগা লম্বী অমত্তু ফংবা য়াবগী ঈপোম লাক্লে। খুন্নৌ স্কুলদা ওঝা ওইরম্বা ইন্ফাল্লোমদগী তাদা নিংথেমজাওগী মচানুপা মণিহার হায়বদুসু কুমসি বি, এ, থাই হায়বনি। মানা ক'রগুম্বা লাম্বোক্লবদি ঐগীসিদা লৈরে। হায়বা শোয়দনা য়াগনি। মদু হায়বদ ইন-গদবা অঙাংনি। মমাদুসু নংগা চানরম্বী হায়বদাক্ত ?" "উম, ইচে তোঙ্গাউবীসু ঐগা তিন্নরকই। মপা, ঐদি মাগী মচাদু" খংতপ তপ্পা "ইচা ইয়া ওইনি'খিদা!" পামজবা উৎলকপদা চপ চানা য়ানরে "অদুদা, ঐগী লৈরুবদ ঙায়'রবা জীপাসনা শেম্বা লোইববদি ফগদবনি। অদুসু নত্রে। অদুবু অমদি লৈ ইরোতোম্বীবু থারাসরা ? মদুসু অমুক খঙদদুনা থোরেম তাগদ্রা ?" "অদুবু, চৎপু চৎহনজবদি মরোল্দ খঙলক্কন। শোমদগী হোং-গৎশিবা থোক্লবখোয়দা হাইজিন্দুনা হংলবসু খঙবা ঙমগনি। অদুগা থোক্লবগী মচল থোইবীদুসু ইমৌক্লোন ওইনি খল্লিবনিদো!" মপুরোইবদা য়েনা খঙহল্লক্লবদা "হোয়! হোয়! মথং মথং তানাস! থোইদানসিগীদমক্ত ইবোতোম্বীগা মরুপ কাললাগা পাউখোমজাই ওইহল্লগে। ঙসি ইপুং লেম্নগা অয়ুক পুংজা অঙনবদা থারগে। মণিহারসি হৌজিকসু চৌংথুং-মানথুংদা ৺য়ুমগী কীবম কত্তবনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরি হায়বনি। অদুনা মা সিদা শোয়দনা লৈনিংগনি। করে, খম্বাল্লে নচিন ননাউনসু ঐনা ঐখোয় পূম্বগী য়াইফনবা শীল্লিবসি শোগৎলু। অদুনা

শেল তানবা তোকপা য়াদে। ইখুৎতা তূংলিবা লুপা মশীং হুন্থুহনবা অতৈ অনৌবা খোদোকস্থ লাকখিনি। মতমসি শেম্না পাল্লি। রাচৎ রানোম্বা চাউরি। অদুনা শেলস্থ খোমসি হায়জ চৎচস্থ হৈসি। মীরা তাদনা অনিঙবা তানসি।”

নাপল নাইতোম লমশেম্বা, মীখোয় শোকপা থোবুবা অমুমচানি পুকসেল্লা। মণিহারবু তাল্লরি তাবদা নিংথেমজাওগা চাংরকপা কুলচন্দ্রনা অপাবীদা মণিহারগী রারী তম্বদা লম্বী ত্তেনবা লুমিৎ কয়া য়াওই। কুলচন্দ্রনা মণিহারবু অমুমচাগী লৌনম শাজৎনা ওৎপিরনি খঙলবদা অস্থম্না তমখোক্লি— মা কুমজা ১৯৫৪ গী ১১ শুবা থাগী ৬নি চনবা য়ুমশকৈশদগী ইম্ফাল ময়োল লমগী খা-নোংচুপ তাবা চীংখোঙ খুমৌসিদা তোমচৌ খম্বীগীদা লৈঙ্কনা অমুমচানা পনখ্রিবা স্কুলাসদা অয়ুক্তী ওঝা ওইরম্মী। মাসি মাদবু পোকচবী মমানা নৌনা হুন্দোক্লম্বনি। মপা নিংথেমজাউনস্থ মমাতোনগী অমত ঙায়জবী তোম্বীমচাদবু নিঙবনা লাইরিক লাইশু নিংথিনা তম্নকত্রবা মণিহারনি। স্কুলগী পুন্সিদা কাঙ্গ্লোং কাঙ্গোংলকপনা তক্ষমশঙ কয়াগী ছাত্র ওইরকই। মাসি হৈথোই শিংথোইদে। অদুবু মাগী নহা ওইরিঙৈদগী ওঝা ওইরকপগী অখোইবা মগুণ খরদি লৈ। নহা ওইনা মাবু মাগী অহনশিংনা শেল তালহন্নিংখি। অদুনা মশাগী তম্না তম্না নৌনা ওঝা ওইরকই। পিক্লবা অঙাংশিংগী মপা মমানা মখোয়গী মচাশিংদা স্কুলগী ওঝাশিংনা পীরকপা অক্ননচিংবসি অহৈবা মমামবাশিংদগী শিলহল্লগ, হুরাল লম্বীদগী হৈবা

শকতনবা থেংনবদা মক্তিবা মিংশেলগুম্বা অঙাংগী মপুক্লিং খুৎনাং চাহল্লে খন্না রাজরিবা মানি। ময়ুমগী ষ্লেংলুরবদি মতোমতা পুন্সি লেননিংবস্থু ওইরি। অহুবু মতুমক্তি, খুম্নৌদা লৈরিঙৈদা তবোপ, তবোপ্পী মাণতোম্বীনা কোইরাউ মিৎচি তেঙৈঙ্গে থম্মোই খোয়দা লীরীদা তেঙ্গা থোংনা কাপথিবদগী কংখিবা তেনবান্দুদা হৌজিক কাঙবা লায়জোরিবনা, থাজক্রে। অহুবু, উন্দবাদি কুইরেদো! অদুগা, মাগী অহনশিংনস্থু মীরাইবিরবা মাবু অমুমচানা মীকপ রাহৈ লোংখোংদা ওইজ তানবা লুথুমদা ফাখিদোরমাল্লে। শোয়দনা লাংদা থুরগনি মণিহারসি। থোক্লবা ষ্লেংবা হায়বহুনি। ঙাইরসি অমুমচাবুস্থু মাগী পুক্লিং লম্বীদা।

---

## (২) ফারবমক্লা ?

১৯৬২ গী 'September' গী থাথায় থুংলরে। ১৫।৯।৬২গী অয়ুক্কী পুং ৭/৮ চংলকপা অদুরাইদা উখ্রুল খুনবীগী নোংচুপ ওইরপ্পা লোইবী চীংয়াঙ ঙান্না, চীংদোন লংনা তাবা তোংঙৌ খুঙ্গাউগী তম্ফম শঙশা অমতদা পুল্লিবা 'Government U. P.' অদুগা 'Private M. E. School' দা থারকপা পুন্সি মথৌ চথারিঙৈদা মণিহার 'B. A.' পরিক্ষা হায়দোকপগী পাউ কংই।

ভুংইমা, মশামক্তা মশাগী 'NT 39' সি পাউচে খুদিংমক্তা য়াওবা উথি। মা তশেংনা লানখোক্লে। মখোয়গী অহনশিংনা পুল্ওইবা শানৌ শারেপ তাম্মক্লিবী তোম্বীমচাবুস্থ লৌয়োক থাদা লরায়দা থমজনা পোইন্নু থোরেন পাওদৌরি। অহনা ইম্ফাল য়ুমজাউ থোওলোন্দৌরি। মচানা পরিক্ষা ওবগী পাউ ভাবদা মপা নিংথেমজাওনা মচাবু ভনগৌ কৌথোকন্নিংই। মণিহারস্থু, ওঝা ওইবশিংদি য়ামা মুংওাইনা লেম্নবস্থু, থংনবা খুনশিংদা মতমগী অয়োনবা লানবাউনা লেপ্তুমা চীঙ্গা নিম্নবনা তম্পাক লমদা মথৌ কংনিংলে। ময়ুম শঙবগী বাদি থোইনবু ময়েক লাবা য়াথল ওইখিদে।

চহিসিগী 'November' থাগী মপোক কুমিত্তা অমুমচাগী মশাগী ওইজবদ থিবা য়াথল থোরিনা চিংজনা পুথ্রবা মণিহার মাগী স্কুলদা সনাজাউবগী হেক মথাদা লৈবা মথং পুবা ওঝা অমা ওইখ্রে। অরাবনি! নিংথম থাজিন্দমক ওইরি। লুচিংবা সনাজাউবস্থু মরক মরক্তা নোংমত পুং ১০গী মমাংদা থুংলদ-শিংগী মমুং চনখ্রে! কুলচন্দ্র অমসুং অপাবীদি অয়াম্বা মতমদা মনংশিং অনকপশিংনা অনিশুবা পুংকম চৌরকপগী অঙ্গরাউদা থোক্লকপকাস্থু য়াওই। অসিওম্বশিংদা থপদি কোন্দেপনবস্থু ওইদুনা থপবোহ ওঙ্গবনি। য়াওই থোওজবদা লাম্না নকপা লৈমৈোই; কোম্বুজনদ লৈরগদবনি। থৈক্রে '' শিহার মকমসিদস্থু অহানবা পুংজাদদি নাকন্দা নিংগৌবোই খরা য়েপ্তুনা কা খুদিং কোম্নচেন চেনবদি তোকপা তৌরোইদৌরিব্রা? অনকপস্থু

অরাপ্পস্থ অয়াম্বা নংনদে। ঐদি মতমগী য়েক্লবা ওইজনিংদবনা ইবুক ইহাপ হাপ্পা তত্তনা, লোয়নবা য়াবা খুরা কুলচন্দ্রগফাও নোংমতস্থ থোগামিন্নদনা, হৱা মরক্তা থৱায় হকচাং খাইবুং খাইবুং নংনবা থোরকই। অহুবু, ছাত্রশিংনা অহুগা খুরা অমুমচা মশামক্লা ঐবু ইশক অহুম মখঙবিরি। খরনদি ঐবু থাগৎলিখে অমোৎপা শেংগদবা মীদানি, মীশোন হায়বহুমক্তি হায়নরি।" মণিহার থাগৎনবা থৱায় য়াওবা নত্তে। মথৱায় য়াওবগীদমক থাগৎ-শোন্নবনি। লৈখি লৈখিবা মফমদা কায়নররোইদবা মাগী মতৌনি। তম্বা ঙমদবা লমথাংগী খুদোং থীবদনা মাবু তাঙনা অথেঙবগী অৱাবা নংহনগদবা মঙায়। অৱারক্তা শকলেপত্রিবা অনৌবা ৱাখলস্থ থুংলরে। মানা খুন্নৌদা তম্বিরম্বা খোমদোল, অমুচৌখোয়বু মাগী অকাবা পুন্সিগী থবক তানবদা অচৌবা স্কুলদা ছাত্র ওইনা অমুক থেংনররে। মখোয়গা কপ্পা কায়নখিবা ঙসি নোক্লা নুংঙাইরে। মশক উত্রিবা তোমচৌনা হেন্না পেল্লহুনা মরিল খঙবা মণিহারবু হৌজিকমক ময়ুমদা অমুক লৈহন্নিংলে। খোমদোল পোকপী থম্বীনস্থ মণিহারবু মচাগুম থঞ্জবনি। অহুনা মণিবু অমুক মখোইদা লৈনবা মচাদা পাউজেল্লকই। মণিতোম্বীগী নাকোং অরোনবা মথৌ পায়রক্লে, থম্মোই ঈরাং হৌরক্লে। অহুবু চরাংনরি। মণিহারবু ঙসি ছুটি ওইরগা অমুমচানা ময়ুমদা চংলকখো হায়না হঞ্জিন্দুনা তম্লিবা খাইদগী রাংবা থাক্লী ছাত্র ওইরিবা মচা ইবোতোম্বী অহুগা মরূপ কাপ্পাখোয়দা পাউজেল্লকই।

নোংমগী থোরোই তাংকক্তুনা স্কুল থোঙলোনখ্রে। "ঐগী লৈফমগী ৱা হায়গদবগী ওইরিনি," খন্না খন্না ইহা হাদনঃ হাইজিল্লক্লে মণিহার। শুমাংতোন হেক য়ৌবদা ব্যবহার ফজখ্রবা য়ুম্বুরেন থরায় ওইবা হূজাউনা শকতোপ মণিহারবু 'ওল্লাং থা নংহনথি। মফমদগী চোংথোরক্তুনা মমিৎ মনা ঈথক থক "গৌ! গৌ!" ওকখ্রে। থম্বাল্লৈনা "হৈ! বোবো!" লাউবদা মফমদা হজিনখ্রে মিপাই—থবাইহনবা। লাক্লিববু মীওক ৱাহৈ নিংথিবনা ওকখ্রে। মথং মথং থোরক্লে অমুমচা ইবোচা। ফম্ন ফাল লাম্থোকখ্রে। নিওবা থুংবা উৎলকই য়ুম্বুবা "ফুংঙাইরেদা! ইবুংঙোনা য়ৌবিরকপসি!" অকোইবা থুম্নিংঙাই লৈতবনা 'থুরাবু' থুম্না ফমথখ্রে। মাঙ্গোল কাদা ফম্ন ফম্ন মনিঙ থোঙহাংলিবা চাকশঙদা মিৎথক চরৈ থোংলিবী নিংভোল শকওইবী অমা অৱা পোত্থারিবা মণিহারগী চোইয়েং কোয়চৎনরিবা মিৎয়েংনা কংথি। কনানো? ফুংশৈরৈনি। "ইতৈমা তম্ফাখোয়দি উদেনা" খন্না লৈরিঙৈদা "ইবুংঙো থুরানা নংবু কৌশিনবদি অতৈগী নত্তে। চাক চরা অমতং পীজনিংহুনা ত্তৌবনি চঙলসি; নচল ফুংশিরৈনা শেম শাবা লোইরবনি," অমুক চঙলুরগা থোরক্তুনা য়ুম্বুরেন অমুমচানা তাকলরে। লৈথোকপা য়াদবা চাক্কৌনি। মতোমত চঙহুনা হেক চাবদি কোইজানরহুনা, ইবোতে'ম্বীস্থ উদবনা, ইবোচাগা লোয়ননিংবগী মিওইবা পাইরক্কী ৱাখল অমা থুংলরে। অহুবু, মহুস্থ মথক্কী মী ওইবনা মতোমত চাকফমদা ফমহুনা হুকপা হৌখ্রে। চাকথুম কাদৈ থোরক্লবী

মুংশিরৈ হূরাল হূরাল মণিহারগী শকফম লাকপা হৌগ্রে। অরাং অপা য়েংলিবী থম্বাল্লেনা চারিবনা লোইন পেনব উরক্লবদা মচাদা চাকতোক চীন্নমবা কমলা খোক্লবা অমুক তাকগ্রে। তাক্ত মিৎয়েংদা তোরোৎনদবা মাবু উবদা, উদবা মানা মুজা খম্মোই হুরানগ্রে। মিৎশোনবা মণিহার। কমলাসু অমুক ফংদৌরি। করম্না লমন শিংদৌরি ?

অমুমচানা মণিহারবু অচীকপা কাদা লোইনাইদ্রবা রারী তাহনখি। মচানুপীনা শেমহুনা থনম্বা কমলা হৈগুংনা মপাগী রারীদা হাইজিনবা ঙমখিদে। মখুন খায়না চেনবা শোরোক য়াংবী থক্তা থোগা থোগুম্নম্বা নৌনা শকখঙগ্রবা মাবু খঙহনগ্রে রারীগী মচং "ইবুংঙো, ঐনা নংবু ফংবসিদা হরাউ-মুংঙাইবগী ঈমায় পারে। মরক অমদি ঐসি ঈকং থাগী লমজাউ মৈশা লাংলবা লাংলক চেক্লাগুম্নুরবনি। নংসি ঐগী কুমগী লাইজ ঈখিক পীবা পুক্নিং য়েন্নীং চোংহনবা নোংহৌনি। নংবু থিবা হৌখিবদগী হন্থপ্রবনি ঐগী অরাবা। ঐগী পুমওইবা মুং-ঙাইবা পীঙম্বা নংগী নপান্দগী ননাও ইবোতোম্বী পরিক্ষা লানবা ঙম্নসনু। হৌজিকমক্তি খরা রাখো অকা অকুমদা। ঐগী ইংখোল অমদা ইবুংঙোগী লৈফম শাগনি। ঐগী অঙাংশিংসি ইবুংঙোনা শেম্বা তারি।" কা হেন্না চাল্লিদা। ইঙন ঙম্না য়োশিল্লিদা। অদুগা মাগীদি হাপ্পগী পৈশাসু লৌদ্রে।

অমুমচানা মণিহারবু খুঙ্গাউ খায়না চেনবা শোরোকফাও থিন্দোরকপদা মচা ইবোচাগা তম্ফাগা কায়নহন্নিংবহ য়োনা

লীখি। মণিহারবু অতৈ ব্লাফমশিংগী মন্নুংদা কায়নবগী পেন্দ্রবা ব্লাহৈ খরনা থম্মোই লুমহনখি। লমজাউ তারমদাইদা য়াইমনা তলব ফংদ্রিবৈদা পৈশা খিত্তং পাম্বদগী চেম্হোরক্তুনা অমুমচাদা হংলি। মতমসিমক্তদা লৈশাবী অমা ঈশিং পুহনা থংনবা থোঙ্গালদগী কোক থোরকই। মাবু মশক লাক্লবা মমিৎপু থোদারে। তপচ ঈংজবীদি ত্তইদ্রে। অদুবু মিত্তি পোথাফম ওইবীনি। মানা হেক তুংওনখিবগা য়াইমগা কায়নরগা মণি-হারগা থোকমিন্নরক্লে অমুমচা। চংখিবী ঈশিংপুবীদু মচানুপী নুংশিরৈনি হায়না মপানা শেংনা তাক্লকপদা "ইশ! অতৈ ওইরবোই নিঙই! ইকাইখ্রেদা! অদুবু, মাদি ঙসাই ফিঙাং শেংখিবদাই!" নুংশা মপী হোঞ্জখি। হেরা শোনমনখ্রে নংসু! মপা মমানা নংবু চাল্লরোই। মচা লৈশাবীগী মশক উৎনিংবা মপানা য়েংগদবা পাখং নংবু ইকাইবা পীবা নত্তে। কায়নরে মখোয়নি।

ইম্ফাল তাবা ঈরাং লাওনা থোরক্লে। খোমদোলখোয়গীদা লৈনবগী ব্লা, অমুমচাগী ব্লারী, নুংশিরৈগী মতৌ অদুগা তম্ফাগী অব্লাব—পূন্নমকসিনা মাবু পুন্দুনা পুরকপনা কৈথেল অমা য়োৌরক্লে। কুমহুনা মীরক্তা চৎলিবৈদা "অসিবু ওঝা মনিহার নব্রাউ?" হংলকই মৌ নহা অমনা। মমাঙৈঙদদি খঙন-চান্নখিবা জাৎনি। অদুদা পেন্দ নুংঙাইতবনা শকক্তম খরদি হোংলবনা হেক খুম-ঙমদ্রে। ঙকলপ য়েংলুরগা "ইহে! ইতৈমা!" পাউখুমখি। "নুংঙাইখ্রমাল্লেনে, ইনাউখোয়দি? লাকপিখিদ্রেনকো?" ব্লাকৎ

ৱাহৈ ফোঙলকই। কনানোনে অসিবু? তক্ষানি। "অহুম্না হায়বিন্নু, ইতৈমা! অত্থগা হৌজিক্তি তৎনররোই," থেমজিনখি। মানা মকুবোক্কী স্কুলদা লৈররে হায়বসি তাজবদা য়াম্না পেঞ্জরি। অহুবু, মন্নুং হঞ্জিন্না খল্লগদি নিঙবা কায়বস্থ ওইখি। করিগী? মনাও হুপী মণিতোম্বীবু মঙোন্দা পীগে খন্দুনা লৈখি। অহুগা ঙসিদ নৌন উনবদা হেন্না পামশিনবা পোক্তুনা মাবু লম-লানবী কনাগী নত্রে খন্দুনা শুংঙাইজখিবনি। অহুদা, মীমান্নদগী মকুবোক্কী থোদোদা মাস্থ কুইনা মাগী স্কুলদা লৈরোই খনবদা সুংনাংজখি। মিকুপ খরসিদা হৌপ্রবা পূম্বা, লাক্কদৌরিবশিংস্থ লোইনা ৱাখল মিংশেন্দা উজখি!

ফিয়োনফমদা ফুরিংফি লৈনবা মমাগা মমান্নবী লোইদাং অমস্থং থরোঙৌখোয়গা লোয়ননা চঙখ্রিবী মণিতোম্বীগী মশকস্থ চান্নখিবদগী পুংকমসিদা উনহন্নিংলহুনা "ইবুংঙো, ইমাখোয়স্থ পোৎলক্তা চঙখ্রি। খোরক্লনি উনখো," থামজরি। অহাঙবা চিদাইদা থৈদোক্তুনা লৈনরে।

কোক্তোল লন্থী লমথৈবা, থাগী নোংথক লৈতেংবা, নিংথম কোরৌ অশোনবা থা-নোংচুপ কাচিন চীংদোল কয়া লানথ্রে। আনহু লেপ্তুনা লৈরি। তক্ষানা মমা লুপ্রাবী অহুগা মানা হিংনবা হোৎনবদা নোংমত লেপ্তুনা কৈথেলসি য়ৌরকপগী ৱাস্থ তান্ন। ইবেচানা লমজিংহুনা লৈশাবীশিংহু খঙহৌদনা মখোয়নিগী মাংদা থুংলরে। ৱারী লেপশ্রে। হুমিদাংৱাইগী শক্লৌবা মচুরক্তা তক্ষানা তাকপদগী মমানা মণিহারবু হৌখিবা শককম লানা নিঙশিংহুনা

কৌবদা চাউয়েং মিৎয়েং হাইনা খুম্লকই। তাম্নবনা উনরুদ্রে। ঙসি নৌনা থেংনবা মণি অনি মিৎকী লম্বী কোইনরি। অত্থবু য়েরুথ্রবা মূর্ত্তিদি মাঙদা উনরে। ইকাই থীবী নুজানা মতারক্তুগী য়েংঙমদনা য়েংজবা কোক্কী শমজোই চবুম্না কল্লক পম্থিং পামত্থনা অরৈ খুদিং মিৎমৈ লানশিন্দুনা হাইবত্থদা নিংঙোল মাবু নিংথিহনখ্রে। চহি খরগী মমাংদা নুজা মানা পুংকক থাক্তা লৈরিবৈদা মাগী ঙসিগী শকফমসিনা পাখংসিবু স্কুলদগী লৈফম পাংলকপদস্থু অরাম খোৗরাং কাউহনখিবনি। মচেনা শেম্বীবা মাগী শম্নি। অতৈদদি লমঙানবী শকহেনবী ওইদ্রবস্থু খোয়দারুবা মঙোন্দদি পুন্সি পূর্ণিমা নকশিল্লরুবা মণিতোম্বীগী মায়থোঙ থাজনি। থাবুম ত্তম্লিগী মাগী মায়থোঙদা শম্না চবুন্দুনা ঈপুবা নোংত্থমদগী হাইদোরকপা লৈচিল মচেৎ ওইজরি। উনরুদবদগী পুক্লিং ব্লারোন্দি ইচম চম্বমকস্থু কোঙনদ্রে। ইবেচানা "ইবুংঙো, ইচাদি করি চাগনি?" পুকফ ব্লাঙাং তুংইম্না নাক্কী কায়োনবীদগী পানমতপ অনি লাল্লকই। "এ! ইন্দোম্না কা লৈবিরেনা!" পন্না পন্না পাখং ফুরিৎখাউম্নুংদগী পৈশা লাম্থোরকই। কা মতপস্থু অমতমক লৌরবত্থদা তম্ফানা "এ! য়াম্মল্লি, ইবুংঙো! অমতমক লৌহৌগে অনিদি পায়খোসে," লুপা ৩ পীরকপা অত্থদা ২ হম্নবা হোৎনরুবদা তানবগুম থোক্লখ্রে। চেনখ্রে। হম্না য়েংলমদনা গাড়ী তোংখ্রে। মানা হাম্না লানফম খোকপনি। অত্থবু মায়শোন ওইবনা ঙমখিদে। লময়ানবিরবদা মানা ঙম্বা লাম্থোক্লম্বনি। তিম্নবীশিংগা মত্থংদা য়েংশিম্নরগা

লৈথোরকপদা লোইদাংনা লংনবিখি, "ইতা নংদি নপোক কৈদকো! ওঝা অমা কংদৌরিদো!" মখোয়সিনা খোমদোল অতুগা অমুচোখোয়গী মতৌঙুম মাবু 'ওঝা' 'ওঝা' কৌই। মখোয়সি মখাগী থাক্তা অমুক অনিরক পরিক্ষা খোয়রকপা খোমদোলা খোয়না তম্নকপা খুম্নৌ স্কুল মচাদা তম্নক্কে। খুঙ্গাউগী মুপীমচাশিংগী অমুক স্কুল মচাদা তম্নকপীশিংনি। মণিহারনা খুম্নৌ খাদোক্লমদাইদা মণিতোম্বীখোয়সি অচৌবা মুপীমচাশিংগী স্কুল কাহৌবনি। মতুংদা মহৈগী লমশাং চৎপা ভম্নখিদবনি। লোইদাংগী, মপুক্লিংনা পামজবা ফাগিদা, পামদ শা রাথৈখি "অহুম্না হায়জিনগনু নখোয়সু।" মুংওল ঈচেল ঈহৌরবিদুদি মতারোইশিংগা লোয়নরি হায়বদ মঙাররে। উনবা তানবা খুদিংদা খোয়জংবা লৈখিব্রে। মণিহার তম্পাক স্কুল অচৌবদা লৈবগী হুরাওবনে, মুংশিবা অঙাংশিংগা অমুক তিম্নবনে, অমুমচানা নিঙবনে, য়েংনিংববু উরকপনে, নোকমি নোকমিবা রাখলদা ফনা শাংনা থৌরক্কে। ওক্লরে ইস্কাল্লোমদা থবক ফংগ্রবা মমাংভৈগী থম্মোই তিন্নবা মরুপ অঙৌবগনু অমুক। অমুমচাগী স্কুলদা লৈররে হায়বসিদা মীমুংশ খঙদবা নাপল কাজরিবা 'Secretary' সিগী মরমদা কুপ্পা খঙলবা অঙৌবনা মরুপ্তা লোইনা লীহুনা খঙহল্লে। উনবা ফংদবদগী ওসিদমক তম্বদগী "য়ান্না চম্না খল্লুই! মীগী মরাল উগন-খঙগন্দেদা ঐসি!" পেল্লক্কে। রাখল পুম্বা কল্লে। অহুবু মুংশিবদগী লোইনা লীথোকলুরবহুনা মরুপ্পা খোয়শাউনরক্লবদা থেমজিল্লকই "অহুবু, অহুম মরৈবিয়ু। য়ারবদি মাগা লোয়নবা

কত্তবশিংগী কত্তবস্থ শেংদোকপিরম্মু।" মখোয়নি কায়নখ্রে। মউ শোয়োক তুঃইন্না ময়ুম ময়ুম পাংনখিবনা মায়ওক্করম্বচ্ছ তু ওইনখ্রে। অঙৌবগী অথেঙবা ন্নারীদা অমুমচাগী চাক মণিহারদা হু ওনখ্রে। পাখং ন্নাখল কাউথোক্লনা "ঐবু মাগী লৌনম লাংদা থুরব্রা ?" পুক্লিং লম্বী লম্মুক্লববদা হংজখি মশাদা। নিংথম অহিং তংখাই অহানবদি মণিহারদা ওল্লাং থাবুম অমা ওইনা লোইনাইদনা হৌখি।

---

## (৩) মামক্কী থৌরাংলা ?

সনাজাউবা পামজনা ঙাইরকপা ছুটি কংখ্রে। মাগী ছুটিসি ছুটি জাং অমনি। থৌয়াম পুবা খোঙচস্তা খুরৌ চেনখিবা থৌদোক্না পুক্লিং মৈরা মুৎথৎখিবদগী থম্মোই লায়না পকখিবনা কংখিবা পোত্থাবনি। অমুমচানা খাম্না খাম্না মণিহারনা খিংনা খিংনা সনাজাউবা ভোকপদা তাখ্রে। অমুমচানা খাম্বদি পুম্নমক্কী ওইদবা ন্নাখল মরু য়োকপনি। অন্তগা, মণিহারনা খিংবনা মন্নামগী অকবা শেম্বনি। অহবু সনাজাউবদি অনিমকপু হাই-দোকতুনা হন্না য়েংলমদনা মাগী অপাম লম্বী তুংইনখ্রে। মাবু পেনবা পীদবা থৌদোকতু মতাং অসিদা পঞ্জররোই ; মতুংগী ভাংককনুংদা থেংনবিরো। পুকচেল খোইজেল তিন্নগনি খক্না হল্লক্লবা সনামচাবুস্থ অমুমচানা মাগী স্কুলদা পুশিনখ্রে।

মণিহারবু নহা ওইনা অচৌবা স্কুলসিগী মতম থরগীদনি হায়না ওঝাহনগী থৌ পুহনখ্রে। মতৌ খঙলকপদা অপাবীনা কুলচন্দ্রদা অকা অকুম লোয়নবদা লীথোকলি, "মাসি হৈ-শিংবস্থু নত্তে; অদুগা ' Head Master' অমা ওইবগী গুণস্থু চেন্নিবা মানি। অদুবু খঙহৌদনা থোক্লবা থবক্তা মাবু চাউহনখ্রে। তশেংনা মকোক্কী ফম কংবা য়ারা মীমক ওইরবস্থু পীরোইদবা চওৎ চনৈনবা পাম্বা পূন্নমক্কী য়াইফ থিবা শারগা মরল নত্তবা পাম্বগীস্থু অথী লৌশিংনা নাবদগী নোংম নোংমগী অনাবা হেঞ্জি-ল্লক্লবা অমুমচানা মাবু অয়োকপা শাগুম মাগী অকাবদ তানবদা মতেং পীহল্লি। মণিহারবু মীনা ব্যবহারদি মতৌনি; নহা ওইজরবস্থু, হৈথোই শিংথোইদ্রবস্থু মাগী মীগা মান্নদবা মওং থরা লৈ। মথৌ তৌবদা লৌশিং তারবশিংগী মরা লৌনবা কোয়চেন চেনবা মঙোন্দা অরাবা লৈতে, হঙ্গোইবা পোক্তে। অরুবা পোফমদা ময়ামগী চাওখৎনবা হোৎনবদা অতৈগী মকমদা মপুক্লিং তুজুং রাহৈদা মরাল লৈবগুম নোঞ্জবস্থু চিংনদে। অসি-গুম্বসিদমক চেনবা মানা অমুমচাগী স্কুলদা ওজাশিংগী মকোক ওইরি। কয়া কুইনা শীজিন্নদৌরিবনো হায়বদি খঙজ্রে। মাগী মতৌসি হুংশি চাউবা অদুগা অরাবা খঙগনবশিংদদি মঙ্গলগী মশক্লি। অদুবু মপু ওইরিবা অমুমচাদদি মরক মরক্তা য়েক্লবা ওইরি। থামম্বা অহিংগী অথেঙবদা অশুকপা মকমদা লৈর-ক্কাওবদা মমায় খুম্বা ফিমু শেৎপশিংগা তিন্নরগা হুংঙাইজগদবা অমুমচাদি করম্না মাগা লোয়নবা য়াগনি ?"

১৯৬২গী মৈখোম্বা থাগী তারিখ ১০ নিংথৌকাবা নুমিত্তগী মণিহারবু মচাগীদমক্ত তোমচৌনা ময়ুমদা থমখ্রে। থবক্না কোল-হৌবা, মিকুপ খোংথাংদা খোংচৎপা মায়ওন্দবা মতমগী খম থেংনা তেল্লবা নুংথিলগী থাবুং ওইবনস্থু শিনবাঙনবা হায়দুনা অমুমচাবুস্থু ব্রারৌহন্দনা লৈখিবনি। অদুবু. ফত্তবনা ফত্তবা মরম চাবা চাদবা হায়বা অমুক লৈতে। মপা অমুমচাগী মীবুক নাহনবা মরম্নাই লম্বীদা ইবোচাস্থু খোঙদারবনি। খুন্নৌদা মীনৌ ওইরি-বহুদা মপামচা মখোয়না নুংশিদবা চপ চানা উৎলক্লে। করিগীনো? পামজদুনা থিরুই মাবু! মীয়ামগী ব্রাখল চেনবা মাদি স্কুলগী থৌরমশিংদস্থু মপুনা চানবিরোইদোরমাল্লে। মচা নিংঙোল নুংশিরৈ থাদোক্তুনা মণিতোম্বীগী মখুন্নৌদা চংখিবসিনস্থু হেন্না হেন্না মাবু য়েংথিরক্লে। অথোইবা শাগৈগী ইথোই থোইবী ইহেন হেনবীবু মমৌ হাপকনি হায়রগা মচে হুন্দোক্তুনা মণি-তোম্বীবু থল্লগে থনবা অঙাং ব্রাখলসি চেৎনা য়োকখ্রবরা? হে তমথিবা! নংদি নশাগী ব্রাখলমকস্থু লেপ্পা ঙমজদ্রবরা? মীচা কল্লক খন্বল মৈরক চংলিবা মপা মচাদা নুংশিরৈবু মীরায়রে হায়বা অনিঙবসিনা ঘী ওইনা হৈররে। অদুবু, মণিহারদি অঙৌবনা তম্বদগী সনামচাগা নুংশিরৈগা শাবী শানৌগী চান্ন মরী লৈনখি হায়বসি খঙবদগীস্থু নুংশিরৈবু মচলমক্সি খন্না লৈখ্রবনি। মণিতোম্বীবু নিঙজবস্থু, অথী ব্রারী শানদ্রবস্থু, ওঝা অমা ওইবনা য়াম্না কিনা অমস্থুং হঙ্গোইনা ফোংদবা চান্ন লম্বীদা লমথুং তাল্লি।

১৮ | ১২ | ৬২ লৈবাকপোকপা নুমিৎনি। মহৈ লাইরে-ম্বীগী লৌবুক্তা পোইম্নু থাজৎ থুংলবনা মণিহার থবক ময়াম নংনবা পুং ৯গী মমাংদা স্কুলদা থুংনবা থোরক্লে। খুঞ্জিন্দা লেপখ্রে। করিনা থাম্লিবা ? অঙৌবগী চান্নবী ওইরক্লবী লোইদাংনা লমজিংহুনা মণিতোম্বী অহুগা থরোংলৌখোয় লাকপা উই। অহুমহুনা অস্তুম খোঙরায়শিল্লকপদা ইকাইনা ঙাইনা লেপ্লিবা মণিহার হেন্না অস্তুম লুরুক্লখ্রে। লমজিংবীদা হায়জরকই মনাক-মক য়োরবদা "ইবেম্মা, লোইদাং, পাউ অমত তমবিয়ু।" "ওঝা, হায়বিয়ু করিনো ?" অনিনা খরা হেন্দোক্লুনা ঙাইচং খোঙথাংদা খরা খরা লেঙলি। "খোমদোলনা লাকপদা থবক্লা পুক্লিং লৈতাদ্রবা ঐগী টেবল মথক্তা কাউহুনা থনম্লবা লুপা ৩·৫০ হু পুরক্লবা খরা হায়বিয়ু।" হেক খুমদে। খল্লুরগা "ওঝা, হায়রিবা শেনফমহুদি ঐখোয়দস্তু য়াওরি। মসি অস্তুম পায়বিগ্রো, অহুগা য়ুমদগীস্তু য়োইহঞ্জরক্কে," খঙহল্লকই। "ফরে, য়ারবদি মহু পূপ্রগে, পীরো।" মণিহারগী ৱাসিদা মথা তারকই ৱাঙাং হৈবী "পূবগী ৱা হায়বিদ্রবস্তু য়াগনি, ওঝা। অতৈগী নত্তে। চান-বিদ্রবদি খঙজদ্রে।" মণিতোম্বীগী মখুত্তা পায়রি হায়ৱিবা পৈশাসি। চয়েৎনদবা মশাগী শেন্নি। মহু খোঙকাপ খরা চখত্তুনা হায়রুই, "ইতা, মণি নংগী পৈশাহু পীথোক্লম্মসিন। কিব্রা ?" রুমালনা ফাজিন্দুনা পুরিবা পৈশাহু ওন্থোক্লা ঈরাং খঙব্রে ! পায়রিবীহুগী খুত্তগী নিংথম উনখাংবদা মচু মাঙলবা থেঙনা হনগনবা মতমগী লিক্লা কায়নদ্রিবা নাপীথক্তা চোংথপ্রে

পৈশাহু। থরোঙৌ মহুৎ শিন্দুনা খুম্নকই, "লোম্মোক্তবী ইতা ওমচাক্লবীদগী ব্লাখঙবা পৈশা মশানা য়ানা থোরক্লবনি ইতা লোইদাং। মখা তানা হংবিরম্নু। পীবিগ্রো মপুদা।" হন্না য়েংই. লোইদাং, তারমগত্রা হায়না কিজৈ। মণিতোম্বীনা শেন্দু থোক্তুনা মতাদা লান্থোকখ্রে। লোইদাংগী ঙসাইগী "অতৈগী নত্তে; চানবিত্রবদি খঙজদ্রে," হায়বহু পুকতমজদ্রিবহুগী মপুক্লিংদা চাউজবা মাগী পাউথুম "লোইদাং, ঐগী পুক্লিংসি পোথাকম খঙদে। অনিঙবম্নু খঙহনবা ঙমদে। অতৈগী নত্তে খঞ্জে, অহুদ: য়েক্লবা য়োকপদা তাদৌরিব্রা! খঙদ্রে। থম্বা নাইত্রবা পুক্লিংগী অরোনবা তম্নিংই মঙোন্দা। থম্মোই হরাউ ঈহুন্দা হুংঙাই খোম্থোক ইখোলম্নু তাহন্নিংই। অহুবু কিজরি। ফরে, য়ৌথ্রো মীনা ঐখোয়বু ঙাংনখিনি," না তরাম তরাম ওকখ্রে। মখোয় মখোয়গী লম্বী চৎলখ্রে। ওঝা ওইবা স্কুল য়ৌখ্রে, হুজা ওইরিবীশিংহুনা মাগী মাগী পম্থোকোনগী কোম্থোংদা হাইজিন্নখ্রে।

নিংঙোল শিঙদা মপুঙ শাবাল তাম্নক্লিবীশিংহুবু কদাইদা করি শিন্থা পাঙলুরিবনো? নহাল লৈনখিবা ফিনা তূবা মখোয়গী ফুরিৎ ল্লোরুবনি। লৌরোক থৌজাউ পায়নরুবনা ঙরাং হুং-খিলদমক লোইরে হায়না খঙহল্লকই। ঙসিসি লোইদাংখোয়দা পেনা শৈশক্লা থবক ব্লানরুরবা চম্লবা লৌমীশিংবু অনৌবা ব্লাখল ঈঠৌদা মাঙখ্রবা খৌনা হাপ্লিগদৌরি। মহু নংনবা লোই-রকপা মখোয়গী ফুরিৎশিংনি। মনিতোম্বীনা পায়রকপা শেন্দু মমা লুখ্রাবীনা চারা মশীং হম্বনা তুংখৎপিবা শেনমফদগী ফিহুমন

খাইরমবা হল্লকপা শেনফমনি। মতানা মণিতোম্বীগী ইকাই ফিথুম্নিবী তুংশি পুক্লিং ফোঙবিখ্রে। মণিহারস্থ "অহুম মথায়সিনা মঙা ওঞ্জখিসনু। মতুদগী হেম্না কখোকপফাও য়াবা মফমনি। ঙসিগী পেনা নংনবা হনবা তারি;" পামজবা রাখল লিংখ্রে। পাউথাংদ ফংখিবীতুস্থ "করিগুম্বা ইমানা শেন্দু হংলগা ইপিজাশিংনা পুখি হায়না খুম্বা তারে। অচুম্বা খঙলফাওবদা চানবিগনি খল্লি," খঞ্জখি।

লাক্লিবা কুমজাগী স্কুলগী অরোইবা পরিক্ষাদা থাগৎপা য়াবা ছাত্র খন্নবা তৌখিবা চাংয়েং পরিক্ষাতু নোং ঙাল্লগা হায়-দোক্কদৌরি। ওঝা পুম্নমক নোংমগী থৌদাং মথক্তা অহেনবা শিন্থা লোইনরম্লগা চৎনখ্রে। মণিহারদি মাগী কাদা অরুবা থৌরম অমগী ঈয়ায়দা ঈরাক্লবগুম তৌরি। স্কুলদগী হনখিবদা চে লৈখো হায়বদগী মনাক্তা পৈশা লৌবা চংলকপা খোমদোল-মক্লা "ওঝা! ওঝা!" কৌবতু থৌওইদবমখে রাখল লাঞ্জংলি। খোমদোন্না পৈশাতু য়াম্না রানা ফংখি। মাগী মতৌদা মুপা-মচাতু শুকথ মায়থোং লুরুক্ক ময়ুম লমখাই তুংইনখি। অয়েকপমক ওইরি মণিহার। মচীন্দদি মুরুম মুরুম শোল্লি। কনামতস্থ মনাক্তা উদে। কেরাণীস্থ হনখ্রে। চৌকিদারস্থ থবক থারবা কাশিংগী থোংয়াম লোনবদা থাপ্লা উই। তুংঙাইতবনা হেনখিবনা লাউথোরক্লে মণিহার, "অঙকপা খুৎশেম্নি! নামত ঙায়রম্বা '3' না '0' গা তিম্নবদগী ওইরকপা '30' নি ইবোতোম্বীগী অঙ্কদা ফংবসি। অদুগা ইংরেজীগীস্থ চুম্না লৈরম্বা '90' গী '0'

না মশক ত্তম্থোক্তুনা '9' শারগা তারকপা কা অনিগী খ্বাইদগী চাউবা '99' ওইগ্রে। কনাগী খুথোক্লো? করম্বা ওঝাগী থোশিন্নো? খঙনিংইদ পন্দন!" ঙাইহাক হায়ফম খঙদবা তুং-নাংবনা কুপ্তুনা লৈরুরগা "ফরে, কোন্না থিগৎলগে। চুমদ খুৎশেন্না লিংঙম্বা মহৈ তুওইবা পামেলসি তুংফাও মুৎনবা মরু-মরা কক্তুনা মালেম ঙানবা মঙান্দা মহি মচুম চিংথোক্লগা খাম্বিতুংদা হুঞ্জিল্লগে," খন্না খন্না থোরক্লে মরী লৈনবা চেজেৎ চেগায় লোইশিল্লম্লগা। মকোক হাইগত্তনা লমজাউ তাবা কোম্থোং-লোমদা থোরক্লগা চৎকম ফঙদনা লেপখি। "ঐদি পূরকপা পৈশাস্থু পীখিদ্রি। অতুগা ঙসিদি ঙন্নসু চংনিংদ্রি। করম তৌনা লেনসিগে!" লোম্থোকচরি মতোমত অঙাউবগুম। পরিক্ষাগী রাথোক পাম্বা রাফমতুনা ঙমতুনা থাংমৈ মশক উরক্লবফাও মা হুঞ্জিন্দ্রে।

তুংশিরৈখোয়গী থোঙ্গাল হাংদোক্তুনা ইমুংগী মীওইদবা তুপা অমা য়ুমজাউ শুমাং তম্লকই। মপু নিঙবা তুইজাউনা ইমুংগী মীশিংদা লাউনখোংনা খঙহল্লকপদা মমাহনগা তুংশিরৈগা থাংমৈ পুনা থোরকই। তুপামথৈদি অমত উদে! তুংশিরৈবু পোকপীনা তুমিদাংগী চাকখুমদা চাকঙন চারা লাঙলি। "কনানো" হংলকই মমাহন্না। "ঐনি" খুমই চংলকপা। লোয়নরকপা থাংমৈনা থুংলরিবতুবু মণিহারনি হায়বা তাক্লরুবদা "এ! ইবুংঙো, করি-গীনো?" মখা তারকই। "ঐ খুরা উনবা লাকচবনি।" মী অতৈনা অমুমচাবু 'খুরাইবুংঙো' 'তাইবুংঙো' কৌনবা পামই।

মণিহায়স্থ মসি খঙলবনি। অদুবু, মদু মঙোন্দা লমহুইগী থাগৎ য়াহৈ ওইনা থোকপনা অদুম মচমথোকই। অদুনা থম্বাথৈবুস্থ 'ইন্দোল' অদুম মকৌয়ে। "ইবুংঙো, য়াম্না থাপ্না লয়ায় লমদমদা কুমগী লৌশাল থৌবা চৎখি ; কুইনা পল্লকনি হায়রম্মী" হায়রম্লগা চৌকি লৌথোকপা চংখ্রিরৈঙদা মুংশিরৈনা অয়াংথংবা মৈঙাল য়েৌদবা য়েনখাদা চেংলৌ শকলোত্তুনা হূন হূন মাদন লাৎচবগুম য়েংজরি। তয়াম্না থারবা চৌকি শোক্তনা "ঐ ফমজয়রোই ইন্দোল" হায়রম্লগা থোকখ্রে। সনামচাবু কিজহুনস্থ মখোয়বু পেলহল্লমখ্রে। চাম্নরক্লবা হূইদগী হৌনা মমা মচা মখোয় পূম্বা নিনথোক্লক্লবা পামজ য়াখল মীহৌ ঈথক্কা তাউহনা লৈহৌরে। থম্বাহৈল্লে মুংশিরৈ উংনদবা খোয়রাংবা পোকখি। ইকাই মুংশি য়াম্নরবা চৌকিস্থ মকমদা থুনা হঞ্জিনখ্রে।

খোরক্লগা লৌবুক মনাক্কী লম্বীদা লেপ্তুনা কুইনা লৈথোক্লে। অচৎ-অওকশিংনা মাবু হম্না হম্না য়েংলম্মী। ওম্মোকপনি! মাগী লৈকমলোমদা পেনাহ হোৌখ্রে। শৈহৌ শৈশক তমখ্রে। অমম্বনা মায়কৈ মিৎয়েং থংগ্রবস্থ খোঞ্জেল লাকপা নাকোংনা পাঙ্গল মপূং ফারকপনা পেনা খোলহেক ফংখয়ে। পুরিং তথক মুংওম্না তাঞ্জবা মিয়েন অরূবা ময়েক শেংনা উরক্লে। অয়ুক্কী চাকওন্দস্থ মপুক্লিংদা পরিক্ষা হায়দোক্লবগী য়াদ খনবনে, মীয়ুমদগ লৈবনে, চাকম থকফম খঙলক্তে। অদুনা অশোমদস্থ ঙসাইনা লোইরবা চাক্না মাখু ঙাইহুনা লৈয়ে হায়বসি খনবদস্থ মুংঙাইতবা পোক্লা, "মসিদি খোকঅবা ঙাইবা তারে। ঐগী ইরালস্থ

নত্তেনা!" পেনা লোইহ্নিবৈতা পৈশাক্নম্ম পীনিংলহ্ননা খুরৌ লম্বী তম্না খোঙকাপ ব্রায়রক্লে।

"কনানো, মরুপ নত্রা?" ইঙক ঙক্লা চান্নবা মরুপ অঙোবনা হাইজিন্নমদাইদা হংহ্ননা খামখ্রে। "এ! কদাইদগীনো মরুপ? পেনাদগীরা?" হংনা খুম্নকই। "পেনাস্ম পেনানি; লুরবা ব্রাকম অমা চিংনরহ্ননা মরুপপু থিরকপনি। ঙ'স স্কুলগী মরুপকী কাদা চান্নবা নংনা পাক্লা শাংবা চেবাংদা তাবা কলম চীম্থোক ময়েক য়েংবদা অয়েকপগুম মায়খোঙ মম্না লৈহৌই হায়না মুংশিরবা খোমদোলনা তশ্মি। অহ্নদগী তান্নজ্নরকপনি। প্যান্স লানকম করিদা করি লাল্লোং থেংনরবগে?" মথন্নাই য়াওনা হংলকই। হায়দোকপদা হঙ্গোইবা ব্রাকাম্ন। অহ্নবু মুংশিবনা শেংনা তারগা তেংবাংগে হায়না তকশিন্নকপদগী তমথোকখ্রে তম্নদবা। "চুংম্ম ঐনা খল্লম্বা! মরুপ! কান্নবে খোঙ্গুল লীরকপা! অশোঙবা ব্রাখল উমংদা লম্মুক্নরবা! অতৈগী নত্তেনে খোশিনসে। নাকোং অতোপ্পা য়োকদবা অরোনবনি ঐগীসম্ম—খুন্না অমুমচানা মচাগী য়াইকবা তানবদা পুকচেল মান্নবা সনামচাদা তকশিন্দুনা ওস্থোকহনবা শকখঙদবা প্যাক্লিং নাহনবা ময়েকশিংনি!" "কন্নম্না হায়বিরি অহ্নম্না?" ব্রাখোঙ মরু তাল্লক্লদা। "ঙরাং অহিংসি তাংলৌ থেংন লৈশিল্লক্নবদা নোংলেপ্পুনা শুমাং খোংলবা মপু য়ুমশঙ থৌবু লুদবা হুইরেম অমবু শাউবা লুতোন কারবা ঐনা লুমখি। খঙহৌদনা অঙেঙবা ... রাংগী লৈরক্লা চুকপ মৈচুবগী মৈঙালনা ঐবু

ঐখোয়গী চক্ল ইকু মরুমদা কৌখি। থীজনা ফুপা অনিথক লুম্নিবা ইপামক্তদা চুরাল খোম্হোক্তা অরোনবা ন্নারীদা মথল্লায় লুপ্নরে। পাপ চেল্লুরবা হায়ৰক্ষনি। মখোয়নিঙ্গু অকবা তানবা মীতোপ ওইরুমদ্রে। ওক্তবা চুরবা চৈকিত্রবা অঙাং মতৌ ওইবা অমুমচাগা মান্নবা সনামচাগা ওইরম্লে। মখোয়নিগী ন্নারোইদা ইবোতোম্বীগী মশানা কংজরবা পরিক্ষাগী ফল নোয়-হন্নবা শোয়ন য়াদবা ন্নারেপ তানখি। মখোয়নিসি অমনা ন্নানোম্বনি, অমনা শেঙ্গাবনি। স্কুল মচা অমগী ওঝানি অমু-মচাম্নু। মখাগী সনামচাম্নু মীচম নত্তে। মখোয়না অমুম খোকহল্লবদি কনানা কদাইদা ঈংনা হিংগনি? চুরাম্বাবনা মচা হাৎপদি শিনফম্ননি। লৌশিং লনগৈ লমজিংবা ওঝামা হৌমদবা হৌদোক্লবদি করিনা থিংঙমগনি?" মশামক্তী ওইবা মুংশাউবা কংবগুম লীখোকখ্রে। মুংশা মপী হোনবদা উদবা মণিহাবগী মশক মকপা হেঞ্জিল্লে হায়বসি খঙলবদা অমুক পুকক্ষা ন্নাহৈ তারকই "অহুবু, মরুপ! ঙম্মি হায়না পঙথী থীনা তৌবিখিন্নু। লোইনা থাগৎকনি হায়নম্নু তাজে; অহুনা খঙদ শাহুনা লৈথোকপিরবম্নু য়াত্রা খঙ্গে। অহুবু, অপাম্বা অহুম চথবিয়ু।" মমাতোনখোয়গী মবুক পেন্নবা নহা পুন্সিদা, অঙাং-শকফমদা অহন পুক্নিং চেন্দুনা শেম্ন্থোকপা ওইবা তাবনা মফমসিদগী হেক তোকপদা মতম খরদং ওইরবম্নু থবক কংদবগী অন্নাবা নংগনি খন্দুনা ঈঙাগী চীংন্নুং ঈহৌ লোকচাউ ঈচেন্দা ঈন্নাক্লরবনা য়েক্লবা লিক্লমক হংগোইদবগুম, পূমকায় কায়বা, খথরমগদবু

পুখৎলকপা ওইত্রবদি, অপাৎ-অনোম্না হয়িংদা নোঙ্গবগুম, মী-ওইত্রবা মখোয়গী মরাল উশিন্নদনবা, নৌনা মফমস্তু হোংহন্নিংদহুনা, হায়জবনি মরুপ্তা। "ঐ থাজরে, লরায়দা চৎখি হায়বসি লৈথোক্লবা ওইরমগনি। মসিগী অহনসিবু করম্না মীরক্তা থারক্লিবা!" "চপচাবা অন্নাবা পীহুনা লাক্লবিরবস্তু ফৈয়ে। লেপচগনি।" "মহুস্ত তৌনিংড্রি, মরুপ। ঐস্তু ইরাইবক থীরবনি। অহুবু থরদি চপথৎকনি। দশু পীদ্রবস্ত ময়েক্তি কাহল্লোই।"

অন্নাবনা পুল্লবা মরুপপু অঙৌবনা পেনা শৈহেক তম্লিবা অদোমদা পুখ্রে। য়ৌরে য়ৌনিংবা মফম। অহুদা, চঙবদি ওন্নদবনা লৈরক্তা উনিংবশিংগী মচেৎ ওইবা শকফমদমক য়েংনা চীংমুং য়ৌনা নিনথ্রিবা মুংঙোল ঈশৈ তানরি। থরোঙৌনা শৈশকপা ওঝাদা লুপা শেন্থানা মথা শৈশক তাহল্লি। শৈরোল্লকই শানৌ থরগী পুক্লিংগা চাননা :—

লমদম তাম্না পাইরকপা  
পুক্লিং খোইমু মুংশিবা,  
মুজা ইতৌ য়েংবিবা  
পেন্দ্রিবরা লমলানবা ?  
রাখল খেনবী ওইরগ্রা!  
পুকখঙদবী তারগ্রা!  
পাখং য়ারা ভাইজবা  
পীনবিরো পাওইবা।

শৈরোনসিনা থাবদা পানখ্রে মণিহারস্তু। খঙনগশিংনা

লাউশিল্লকই "ও ওঝ, শৈহৈবা শেন্দি চাবিগন্নুকো।" কিজিনা মায়থোঙ তংখাই খন্না নোকচৈ মণিতোম্বীস্থ মপাম্থোংদা। ফুংদাদ মুপিজাগী মুংওনগনবী থম্মোই পুঙমজখিদে। ছাত্র খন্না হাউ-জিল্লকপনা হাইদোকখ্রে লৈরকী পাখং অনিছু। অঙোবনস্থ অমুক থিন্দোকপদা রাহল্লরোই খন্দুনা ইনক নক্না কায়নরে। লোইবী চীংশাং ময়াঙ লানবা ইন্নুং উনখেম লিল্লি খোংচৎপা মালংবনা পেনা শৈকমদগী নৌনা চিংবা শৈখোনবু অনকপা নাকোং থুদিংদা ময়েক শেংনা য়েল্লিবদো মতোমদা ভায়রবচ্ছদদি মাগী মুংঙাইতবনা ঙমদ্রুনা মরক মরক্তা লোদবগুমই। অত্থগা পূরিবা শেনগী রাস্থ কাউবা লৈতে। অত্থবু পীবদি হয়েংদা তারে। রাখল লায়না ফংলবনা হাপ্লবা মবুক্লা মচিঞ্জাক তান-খত্রে। অত্থবু খোমদোল্লনা মানা ঙসাই রাহৌবত্রদা মুংঙাইবা কংদ্রত্থনা চামিন্ননি হায়না ঙাইরম্মী। মাররোই খন্না চামিন্নরগা অরাবা অহিংত্থ লেনখি। থম্মোইমুংগী চান্নবীদা য়োহন্নিংবা লুপা ৫ ছু অইংবা অয়ুক্তা মপিজাগী খুত্তা শিন্নখি। পুক্লিং খঙননা মুংশি পামেল মখোঙ্ক শোম্নরে! চান্ন মহৈ মাল্লনি। অত্থবু তৌঙম্বশিংগী পুকচেল্ল খল্লুবদা রাখল লম্মাংই। লেপ্পা মশক খঙদ্রিমখৈ "মচাগীদ কনব খনবদগী মামক্লা হল্লুবা পাপকী পাম্বী মক্লম্না?" খন্না পোখ্রাজখিদে।

---

## (৪) মাগী মথাদা

ইবোতোম্বীগী লাইজ ঈরাংমগী মীয়োল ইংরেজী অমস্তুং অঙ্কগী অকাবা ময়েকশিংত্তু, অঙোবনা তম্বহুমক ওইনা মীয়মচৎ ভুংইল্লবা অমুমচানা, মচাগীদ খনবদা, তৌঙবা, ওঝাশিংগী মশুণ মাওহনবা সনামচাদা য়ানোমহুনা লৌথুপ-লৌকোইদবশিংগী লান্দবরক্তা মকম পীরম্বনি। অঙকপনি! ময়াং কাক ওইরম্রে মাগী নম্বর! রিকশানা হয়াগাড়ী ওইরম্রে! লোলানা মোংশা শারম্রে। পারিক্ষাগী ফল ফোঙগদবা স্তুমিত্তুমক খৈদোক্লবা নাথৈ হুরাল লম্বী শেমহুনা থাপ্পা চথোকখিবনি অমুমচা। অহুগা সনামচাস্থু তৌহৈদবা তৌরুবনা তপথল্লবা মপুক্লিং পোৎলুম পুঙমদনা মরৌ লৈবা ছুটি লৌবনা ময়ুমদা লৈখিদে। মরুবা থোকপ্রবা থবক্তি মরী তৎনল্লবা চেগী চেয়োনশিংনা ঞ্রবতা-য়াগুম লেঙদবনা মপিহারনা অয়ানবা থোকহনবশিংহুবু লাক্লবা য়ানা য়ানা, কনাবুস্থু খথয়োইদবনা অহুগা মরুপকী মরু চেৎপা য়াস্থু ইন্দুনা থম্মোই নুংগুম কলহন্দুনা য়াহৈ অমকাও কনাদস্থু লীথোকখিল্লে। অহুবু, মায়থাবা লমলকী চাউজরিবা মশীংশিং-হুবুদ অমুক হনওয়ক্তনবা থাপ্পা থাদোকখ্রে। হায়গী হঙ্গিল্লরুবা অচুম্বগা উনবদা লৌনম্বশিংহু থম্মোই থক থক নিকই, শোয় খোচৎ কায়। “শায়রমগনি হন্দক! শিনিংচিৎ হিংহৌইদা!” খৈয়ে।

সনাজাউবনা খাম্বা য়াদনা তোকখিবগী মরমহু তমজরগে—

মনাওগী অমত ঙায়জবা অয়ুক মুংথিল হুমিৎ ওইবা, অহিং থাওইবা মচা মুপা মণিজাউনা মথৌ পায়ওমন্ত্রবা য়ৌন শোল্লবা কন্নবা ফানশাং অমা থুদেকলুবদগী মণিজাউবু লম হেল্লি হায়না সনাজাউবনা রারক চৈথা পীরুই। চৈকম খরা তারে। মতুদা "লূদবা মাগী মচা ইবোতোম্বীখোরনা তৌবা ওইরবদি করিস্ত তৌরোইদো," খম্নরুনা মপা মমানা তোম্বদা রাকৎখ্রে। পেন্দ খোয়রাঙ মৈয়োবসিদা অঙানবা রাথল মউ লিংদবা অমুমচাগী তুংইনবা তোম্বনা তাইন রারেপ পীওমত্রিঙৈদবা "তোক্লনি," চপ চানা লেপল্লুনা সনাজাউবা স্কুল চঙ্ক্রে। মমৈথংদা মনাওখোয়নস্‌ মাবু লৌখোক্লবমক্তি হায়দবদগী থেমক্লিনখি। তৌবদি, মাবু অমুমচাগী মী অশেংবনি হায়না লৌনবদগী খোক্লখিবা থবক্লি। অমুমচাগা মনিহারগনা খাম্বা য়াদন সনাজাউবা মশাগী রারেপ তানখি।

১৯৬৩গী সরস্বতী পূজাদা ছাত্রশিংনা পায়জবদগী অতুগা মশানস্ত মহৈ তাল্লকপা পুন্সিদা পুক্লিং হকচাং খিঙ-খিঙ রাউ-রকপনস্ত নহারোলশিংদা অফবা রাথল লিংজেল লৈহল্লিংতুনা মণিহারনা শাম্ন-খোৎনবা অমস্তুং বুদ্ধি লৌশিংদা মতিক মথৌনা উৎপা ঙম্বা অতুগা মরম ওক্লা মহৈ তম্লিবা অঙাংশিংদা মনা য়েনবিনবা খোইদোকপা খোরমগী রাকম ওঝাশিংদা হৌদোকক্রে। অতুবু অমুমচানা কৈ খনবিদবদগী মাগী মী ওইবা ওঝাশিংনা কংয়েত্তা করুবা তৌখি। অতুবু ছাত্রশিংনা পেন্নবদগী মণিহার মথুংনা খাজোল পায়তুনা থোরমসিগীদমক লম্পাক শেংখ্রে।

সনাজাউবগী মতুংদা মণিহারনা খুদোংথীবা কয়াস্থ মায়-ওক্লবা তাখি। মক্বমসিদা লৈবাক রাকায় ওইবা, লৌ ইংখোল কায়নহনবা কাচিন কোয়াদা শকউৎপা জুরারবু স্কুল মতুংদা মরক মরক্তা সনামচা, ইবোচৌ অমস্থং য়াইমখোয়না মপানগী মীশিং কৌশিন্দুনা মফম পীরি। পনবদা পাপী ওইগদবা মাল্লি। বিত্তা মন্দিরসি জুরার য়াকাবুগু ওইহল্লে। অমুমচাদা রাকৎলি য়েক্লবগী লমতাক তারে, তোম্বদা তমই তাবিদে। অতৈদি খোইনা কিদবা তৌদে। সনামচানি য়াম্না লাক্লবা রারিবসি। ছাত্রশিংগী য়ুমগী অহনশিংস্থ খগুনবা য়াওরবনি। অদুবু শেং-দোক্লবগী পাঙ্গলদি হেক ফংদ্রি। তোকগ্রনিস্থ মখমৈ। অদুদা, হেক হেক উৎলি। নোংমদি কুলচন্দ্র অমস্থং অপাবীগা তানরগা মখোয়না শান্নবগী পান্নাইদবা ঈপাক্তা তাউরিবৈদা মিৎলু ঈরা ঈহৌনা নোঞ্জ রাহৈদা খামজরৈ, "ওসিদি ময়ামগী মক্বমদা করিগুম্বা অমতং তমজগে।" ওক্লবা ময়ামগুগী মরক্তা ইকাইবা পোকপা অমস্থং কিবা খগুবা য়াওনখি। মখোয়না তৌরিবা তৌদনা, লেপ্তুনা শোর মপী হোন্নরিবৈ, ইকাই হংগোই লোম্না মিৎয়েংনরিবৈ মখা তারকই "পুন্নমক্কী খনবিরগা ঐবু মুংশিবিহুনা অস্থম্না পুনবসি ওসি কৌবসিগী মিকুপসিদগী লেপ্লিরো। মসিদনি নিজবা! পীনবিয়ু লেপ্পমক!" মণিহারগী মায়ওন তুংইনাখবা তানকমত্থমক্তদা লোইনা চৌক্লা কায়নখ্রে। মতুংদস্থ অমুক পুনখিদ্রে।

নোংমনা স্কুল মতন চংলকপদা তাইবং মওওইহনবা য়ুদস্থ

থরায় লুপচরক্লবা সনামচানা মতমস্থ থন্দনা মকমস্থ য়েংদনা থক্লগা ওঝাশিংগী কাদা হাটজিল্লকই। মমাং খিত্তমক থারম্বা ওঝা য়াউমদমক লৈরম্মী কাত্তদা। মতুংদা পঙগাং ঙাংলবস্থ শাদি নত্তবনা মণিহারবু থৈদোক্লবা লৈশিল্লকপনি। ওহোকপা হায়বত্তুমি! থৈহনা হিংদে, লোত্তুনা ওইদে কত্তবা! মাগী কাদগী ফাওজিল্লক্লগা ময়ামগী কাম্নুং লালশিল্লকপা মণিহারগা কোক হেক ওক্লরে। চুম্না ওক্লবা নত্তে। "ঙসিদি ওঝা য়াউমা, খরা লাঙবা তারিয়ে। লাক্তবশিংগী মহুৎককা লোম্বা ঙম্মোই। হায়রগা ঙাংননি," হায়বগা মমায় হেক লৈথোকপদা তপ্পা হায়রবস্থ মপুনা অয়োইবা রাহৈ থরদি তারম্মনি থম্না মঙক নোমত্তুনা অতোপ্পা রাকমদা রাকোইত্তুনা য়াইমগী মতুং ইন্দুনা অতাবা কাদা থথোকপা তম্বনবা চৎখ্রে। মনম্না শাউহল্লি মণিহারবু, মতোদা মুংশক্রে মাবু। "ছাত্রশিংনা করি হায়-নরক্লবা!" শোয়া শোয়া মকমদা হঞ্জিনখ্রে। খুদক্তা কৌশিন্দুনা হায়নিংবনি। অদুবু, রামাঙ তানি হায়না লৈহৌরে। অইংবা মতমদা থেমজ রাঙাংদা মতুংদা অমুক হৈনরক্লনবা খঙহনখ্রে। অতৈ মতমদস্থ খাদোক্লবকাওবা হায়জখি। "ওঝা, ঐবু মকম মতম অতোপ্পদদি থিংবিয়ু। থাদোকপা ঙমজরোই," হায়বসি খুমগা থোকখ্রে।

উপাল রাপালদাও শোনবা থা উনদুবা রাকচীং, মুংশিৎ চেনবা কাইরেল লমদা অরাউবা চৎখিহনা মথং মথং থুংলরে শজিবস্থ বসন্তনা হোংববা কিজোন্দা। সনাজাউবস্থ চংলক্লে

অমুক হায়গী মকমদা। করম্না অনৌবা পুক্নিং লম্বীদা হল্লিলক্লিবা! মাগী থম্মোই পামেলস্থ য়েম্নীং হুনগ্রবরা? মাদন থোনবা মাগী হল্লক লম্বীরা? নত্তে। অমুমচানা মাদবু তাম্নখিবনি। মাবু থেম্বদা খুরুম্বদনি য়াওখিদবা। করিগীনো? মমুংদা য়া লৈ! অরোনবা চানবা 'Secretary' নি; মকপা হেল্লিলক্লবা অমু-মচানি। এম, এ, ভম্নবা মী অমা থাদোরি। অদুনা, লমদাই য়াথোক য়াহৌবা ইরৈবাক পাম্বা য়েরুবগুম্বা অমুমচানা, মরম য়াখন্দ চেনবনস্থ, মথুল লোম্নবদবু লুনা নিঙবনস্থ, মীরমদা মশাগী অরাপূম্বগী করিমত তান্দবা মণিহারবু তাহন্দবমখৈ থা-দোক্নুনা সনাজাউববু থাদৌরে। মানা হেক পাম্বদি সনামচানি। অদুদা, মতুদি নিঙজবদনি থবক ওইনা চথবদি মতিক লৈত্রে। অদুবু, মণিহারদি সনা অনিমক, অচৌবশু মচাস্থ, কনামত্তবু য়েংখিগদবা লৈতে।

নোংমস্থ অম্নম থোকখি:—সনাজাউবা ইম্ফাল চংখি। মণিহার কাতোপ অমদা হল্লিন্দুনা তাম্নবা ইবোতোম্বী অমস্থং কালাখোয়বু 'Commercial Geography' তম্বিরি। ইবো-তোম্বীদা 'Commercial, Communication' বনান হংলি। অরিবাস মখোয়নিদনি। অনৌবশিংদাদ করিমত হংত্রি। ইবো-তোম্বী অঙানবগীদি চুম্বা হায়বত্র ওইত্রে। অনিশুবদা মরোল থোকাখত্রে। হয়া হয়া হংবদা ইকাইরক্লে মণিহার। হয়াউদনা মমায় হেক ওস্থোরকপদা কালানা লাইরিক য়েংলগা তাক্লকপদগী হুরান খোম্থোক 'শুরু' 'শুরু' তুংইম "হায়জবগে ওজা" খুম্নকই।

তৌথিবা পূম্বা খণ্ডবনা খুম্লকই ওঝাহুনা "ঐগা মায়ওক শকউ-নরিভৈদদি চীনবান্দবগুম লৈরুই। চুম্বা নিঙশিং লম্বীদগী তাম্লকপা নত্তে। করিগী থংনরিবনস্থু লাইরিক য়েংলগা অহৈ শারিবা? নখোয়গী অস্থুম্না, তম্বগী লৌফমদা, নশা নশাগী ওইনা খণ্ডবগী মরূ তাহন্দবসি তৌনু হায়ববু য়াদ্রে? মসিগুম্বসি থাঙমদ্রব-শিংনা পরিক্ষাগী মশক থীহল্লি। পরিক্ষা য়াওরিবশিংগী মমুংদা ফত্তবসি পাম্বশিংনা ফিমুংদা 'শোরো শোরো, পেদ্রেক পেদ্রেক' ঈংলবা মতম চীক্লা লাঙহল্লি। পুক্তা পুই অরূম্বা লাইরিক; মফম কয়াদা য়েপ্লি মরোল লোনবা চেজোই কয়াস্থু। হুন্দোক-লুরবা লাইরিক অথাবা হাংলকই; শেত্তংলবা লোংলিবা চেনা মারকই; শেম্লবা রারোল পুবা ফিশাং ফিগোন তমজবা চেশাং থিরকই। মপান থোকই রাতানরুই; মপানগী মীনস্থু পাংশিল-লকই; লৈতুম-নুঙদুম তোংবা খুদক্কী পাউখুম পুবা চেজেৎ কয়া থোরকপশিংদা থারকই। তুংগোইরোইদবা হকচাং শেংদোকফম চেনা চেজেৎকী পূনফম ওইরে। লাঞ্জাও ওইরে পরিক্ষা। মাবু ঙাকপা মীশিংদি মিপাইনবে মা লাক্কনি তাবদা। লমচৎ লায়না লায়য়েংবা 'কিবা ইকাইবা' মাইবরেনবু কাওথোক্লবদগীস্থু ফংলি-বনি। কান্নদে! পরিক্ষাবু পরিক্ষানি খন্দবা তৌগনু। মাগী মশক থীহনগনু। তম্লবা লাইরিক্লা ময়েক চুম্লক্তবনে, নখোয়না পুঙশম শম্বা পাম্বনে, লাইরিক হৈবগী মগুণ মাঙনরে। নোংপোক্লা নোংপোক্কীদ ওইবা, নোংচুপ্লা নোংচুপকীদ খনবা রাখলস্থু থাদোকসি; ইরৈবাক্কী য়েক্লবা মায়ওক্লসি। মসি তৌবা তারবদি

পূম্নমক থম্মোই শেংবা অমস্নুং হায়বা ইনবা নহারোল ওইগদবনি। অতুনা নখোয়বু তু'গী অশবা মীরোল ওইহনগনি। মীওোন্দগী শিন্দুনা নহৈ শাগন্নু। শোয়রবদা, হঙ্জিন্দুনা তম্বস্নু পামগদবনি। মহৈ তম্বা হায়বসি নেকথোকপা য়াদবা মরু ওইবা থৌরমশিংগী মন্নুংদা অমনি। শেম্বা য়ারোই, শাবা লৌরোই। ফরে ওসিদি মসিদমক থওলো।"

তাঞ্জাসিমক্তদা মপান্দা য়ুমথক্তা হন্না হন্না "দ্রং দ্রং" লাওওকই। হোক্তোক্তুনা য়েংবদা বোল থোমতুনা শান্নরিবা অমুচৌ. খোমদোল অমস্নুং মণিজাউখোয়বু উখি। মখোয় লোইনমক মশক উবদা লাওউবদগী মিংয়েং চুন্নদ্রে। "করিগীনো নখোয়না ছুটিস্নু থাদ্রিবৈনা শান্নরিবদি? অতুগা য়ুমথক্তা লংথৎপনা কনানো?" চংশিন্দুনা হংলরে। "থওজদে, ওঝা; তৌজদে, ওঝা" নমথাক পাউখুমদা শাউহল্লকই। চুন্ন: খুন্নকনি খল্লুবনা মায়থোঙ লাং-শিনখি। মখোয়গী মতৌদা "নখোয়বু ঐনা করিস্নু তৌগদবা লৈতে, শেংনা হায়য়ুদা!" খওহল্লি। "থওজদে, ওঝা" মণি-জাউনা খোমদোলগী অশেংবা হায়দোক্লিংবগী মতৌ উরকপদা খুমখি অমুকস্নু। "করে, অতুদি, নখোয় লোইনমক স্কুলগী মমাওলোমদা লাকও, অতুগা অচুম্বা খওগনি। লাকও। লাকও। করিস্নু নত্তবতুগী নখোয়না ঐবু ওঝা অমনি হায়না খন্দ্রবদি ফরে, লাকও!" ব্রারৌখ্রে মণিহার। মখোয় অমত চিথদবমথৈ থোরক্লে। "লোইনা পরেং শানা লেপকদবনি। হৌজিক ঐগী খুত্তগী লীচৈ শানানবসি অনি আন য়েন্দোরিবনি। হকচাংদা

অনাবা পীবদনদি ফবা য়াররোই খন্দুনা পুক্লিংগী ওইবা শিদ হিদাক 'ইকাইবা' হায়বহু থুংবিগে তৌবনি। শে! শে!" য়েংনরি অউবশিংনা মিকুপ্তুনা; ভাংলম্বদগী হাইগৎখ্রে লীচৈহু মথং মথং ফুনবা। মকোক থংই অমুচৌনা। মরৈস্সু লোমই মহাকসি। মখুং অহুস্সু য়াম্না লিক্লা পাম্মুনা থোরকই। তিংথোরকপদা তনিক তনিক অচুম্বা মরোল থোরকই। মরৈলোম্বনা রায়েক কায়না তম্লকই, "ও...ও...ওঝা, হা......হায়জরগে!" "কনানো, হায়য়ু।" "আ...আ...ম...মণিজাউননি ও-।" 'ওঝা' মপুঙ ফাদ্রিডৈদা "মণিজাউ।" "ওঝাবু।" "নংননি হায়বসি চুমইকো?" "মানি অঝাবু, ঐ লানখ্রে ওঝাদা।" মশক্কস্সু তাক্লে শেংদোক্লবা মপুক্লিংবু। খোয়নৌরক্লবা ওঝাহু পেনখ্রে মিৎলু ঈহৌ তমহুনা লেপ্লিবা মণিজাউবু উবদা "ঐ পেল্লে! নখোয়বু করিস্সু চৈনিংদে, ফুনিংদে। অহুবু, লাল্লবদদি চুমথোকপা ইথোনি। অশেংবা পাউখুমদা পেংলবা পুক্লিংদগী থোকখ্রিবা ইরাহৈশিংসিদা ইমিৎ অনিমক পিনা মপাঙ্গল শোলহল্লে। নংবুস্সু মানা শেংদোক্লে। ফরে! মতুংদদি য়ারিবমখৈ অরানবা তৌগনু। অহুগা করিগুম্বদা শোয়খ্রবস্সু ভাকপিনবা হায়জবদা হঙ্গোইগনু। পাপ তাল্লুরবস্সু পাপীদি ওইগনু। মতাংসিদা লোইরগে হায়নিংবা; পুংস্সু তারে চংঙো।" হুমিৎসিদা থোকখি অস্সুম্না।

সনাজাউবস্সু খল্লক্রুবনা চত্রে। খরা লৈরগা ওঝা গোপাল থোরক্লে অহুবু মশা হুংভাইতবনা স্কুলদি কাখিদবা তাক্লি।

অতৈ থৌদোক খরম্সু লাক্লি। বি, টি, তম্নবা মী থাগৎলকউ হায়বগী চে অমমুক থুংলরে। হন্দকম্সু, সনাজাউবদি লাম্থোক-লবনিনা, সনামচাবু থাবা পাম্লি। মখোইগী অনিঙবা লোইনা খঙই মণিহার। অহুদা মীঙমদে; অহুগা মুক্নিংদবনসু ইপঙ পঙনা অহুম মরৈ। মখোয়গী লেমদবা ৱাখলনা থবক্তা চথ-রক্ননি হায়বসি হন্দক্কী মফমসিদদি খল্লুদে। অহুবু শাহিং চাবনা শারাক তমদ্রে হায়বা, অমুমচানা চুমদবা খন্দ্রে নিঙবা, নোং-পোক্লা নোংচুপ ওল্লগা ওইগদবা ৱানি। অহুনা য়েত্তবনা, মতম য়ৌরক্লবদা সনামচাবু অহুম চৎহনখ্রে। মণিহার "ঐবু মফম-সিদগী চৎখ্রসিরা? শোয়দনা নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐগা মীগা ৱাহৈ লাম্থেংনবদি শোয়রোইদৌরি। অহুবু, হৌজিকমক্তি লেঙদনা লৈপিবদা তারিমাল্লে। শাউনিংবগী খল্লুরবদি হৌজিকমক মখোয়গা মরী লৈননিংদ্রবনি। ফরে ঐনবু মীঙোন্দা অকায়বা তৌরুদ্রবদি মীনা ঐঙোন্দা তৌরকপহুদি করি তৌগদগে?" মহুংদদি শাউ-দবা নত্তে। অহুবু, খল্লুরগা ইচম চমথোক্কুনা লৈথনবা লেপখ্রে! মাগী ৱাখলসি ওম্থোকপা হায়বহুনি। অহুবু ফত্তবা নত্তে। ফত্তে হায়নরিবা হেন্না মোৎশিল্লক্লিবদি অতোংবদ তান্দুনা মীগী শরুক মুল্লিবা অমুমচাখোয়নি।

অমুমচাগী স্কুলসিদা ১৯৬৩ গী 'Public Examination' গী মফম অমা ওইদৌরি। মসিদসু চৈরক খৎপা পাম্লি অমুমচা। শাথিবশিংনা হায়নগনি "থৌরৈতনা থৌথিবা য়োংমানবা অমুমচা। চৈ শোনবগী ৱানিহৈ।" মানা হুংশিদবা ওঝা মথৈ পরিক্ষাসি

ঙাকপা য়াওহন্দনবস্থ শীনগদবদা পাউতাক পীনিংলি। হেক চোংশিন্দুনা শীনবা পামই। য়াদবনা সনাজাউবদা কন্না শিক-চিল্লি। সনামচা অদুগা পিশক্লা অমুমচাগী অপাম্বা শোগত্তুন্না অপৈবা চুমহন্দুনা সনাজাউবদা অথাপ্পা ওঝাশিংদি হায়রিবা পরিক্ষাসিগী মনুংদা পোত্থাদুনা পাঙ্গল অনৌবা তান্নবা, অনক-পশিংদমক শীজিন্নবা ফজবা লোন্দা রা হৌদোকই। হায়দোকখ্রবা ফত্তবা শন্দোক্কবা লৈতে। ফজবা রাঙাংদা শন্দোকপা ফত্রবা পুক্নিং ফোরোয় খঙনরবদা রারেপ্লে মণিহার, কুলচন্দ্র, অপাবী "মখোয়গী অচান মীরায় নাইবা রারীদা অরাবা নুংনাংবা পোক-কুমসি। শেল অদুগা লেমজবা তাল্লমদাইদা মখোইগী হেক ওইবা অদুগা থোরেম তারবা অথীবা নংলমদাইদনা ঐখোয়দা থুংবা! য়ারোই।" তাইংপান্দা লায়না অমস্থং হিদাক্কী লমজেন্দা হিদাক্সা শোত্থহোরবস্থ নোংমদি লায়নাবু থোইরখিনি। মতমদুদগী য়েক্রবা লায়নাদু মাঙথ্রনি। অদুবু অমুমচাবু লায়য়েংগদবা হিদাক্তি মফম মতম কৈদস্থ ফংলরোই। মাদি মশাগী নিঙঙমদ মৈনুংদা মশানা মশাবু ইকথোকচদ্রবদি লাক্কদোরবা হিদাক্স্থ ফহনবা ঙম্লোই। অদুবু, মাগী লমচত্তা পেন্দবশিংগী পুক্নিংদি খিত্তুং পোত্থানবগুম তৌগ্রে। করিদগী? তম্ফা কৌবীদু অমুক কৌশিনখ্রে। নিঙবগা থবক্কা মান্নদে হায়বসি খঙথ্রমাল্লে। অদুবু কুইগদবা মান্দে। তম্ফাস্থ মথুরা তোমচৌগী মমায় য়েংদুনা হজিনখিবনি। পাপচেনবা মাগী ময়ুমদা পুক্নিং হকচাং তুকথনা নহা পুন্সি লৈমন চন্না লেনখ্রে।

---

## (৫) মহু চাউবা

১৯৬৩গী 'Public Examination' গী থবক্তা মণিহার-খোয়না ঙমহুনা ওঝা পূম্বা য়াওহনখি। পরিক্ষাসিগী মতুংগী স্কুল খোঙ হাংবদা ওঝা গোপাল অমুক সনাজাউবগী মথক্তা লৈররে। অশোমদসু মণিতোম্বী মচেনা লৈফম থোকপদা লৈগ্রবদা অনৌবা য়াঙন্দা অহংবা রাখল অনি ফংলে। মচেগী অরেপ্পা মফম ফংলবনি হায়বসিমা, অহুগা লোয়ননা, মশামকসি নিঙজবা মাগীনি থঞ্জবসিগনি। অহুদা, করিগুম্বা মতমদা মরু তান্না থঞ্জবদদি অরেম্বা তাগদৌরিমাল্লে হায়নসু রাজে। অহুনা মাগী রাখল তাংবোম চেল্লি, কিশি থাংলি।

ইবোচা সনামচা কায়নবা লৈতনা তিন্নখ্রে। অমুমচানা সনামচাবু মুংশিরৈগী চহি পরিক্ষা নকশিল্লকপদা ফাবগুমসু তৌখ্রে। মবুংনসু মাবু তোয়না তোয়না থিহুনা পেন্না পেন্না থকমিন্নরগা য়ৌনা য়ৌনা ঙাওমিন্নরি। য়ৌনা ঙাওদবা মতমদা মীগী য়ুময়া লৈরক কোনশাংদা মপা মচা, মচল মবুং নাকোং মেন্দুনা থাঙনবা রাহৈ-রাতা পামজনা পল্লগা লাঙজরি। নিপা মচাখোয়গুম্বা লম্বী নকনা তাবদি মসিগী মুংঙাইতবসি তত্তনা নংই।

মুংথিল অমা অঙৌবগী মমা ইতোবীহু কম্না লেংহুনা লাক্লখি। মণিহারসু লাকই। মুমিৎ তারে। মনাওসু লাকএ। ফন থেঙখ্রে। মুমিদাংগী পুং ৭/৮ তাশিনখ্রে। খুঙ্গং লমগী অচীকপা

থুংলরে। মকম অনিদদি ইরাঙ লাওই। নিপামচাগী ইমুংদা মাইবমক্লা কিনবা করগা তানবা অথিন অয়েং লায়না চেনবী ইতোবীবু লায়কম্নবদা চীক্লা নিল্লি। অদুগা মখোয়গী থুম্লক কৈথেল মচাগী মপাদা লৈবা লৈরকী লমজিন্দা কৈথেল শঙশাং মনাক্তা, শোরোক অচৌবা অমুক থোক লৈরকখুংদা অমুক চঙ, ইবোচাগা সনামচাগনা য়ুমশঙবা হূইন কাও শাউবা ফিজেত্তবগী রাঙাংদা কোইরাউ লাউরি। মখোয়নিগী খোল্লাউসিনা অনকপা নিপামচাগী ইমুংদা রাঙাংনদনা লৈবশিংগী মনাকোংদা কুমগী নোংজুরক্তা খোঙ্হোল্লকপা অয়াকপা নোংখোংশিংদগী হেন্না কন্না য়েংগ্রে। পন্দবা মতম য়াম্না শাংবা চংগ্রে। থেঙথরকপগা লোয়ননা ইতোবী খরা খরা ঈংলক্লে। কজনা পোথাবা কং-গদবগুম তৌরক্লে। অনাবনা অসুম করকপদা মপান্দা লাওইবছু তানিংদবা অসুম হেল্লক্লে। মণিহার অঙৌবগী কাদা চংগ্রে। অঙৌবসু তৌবা য়াবমখৈ তৌরম্লগা মরুপকী মনাক্তা চীক্লা রারী শাগ্রে। শোমদনা হেক খাদোক্লিংদবনা মনাওসু নিপামচাগা অনেম্বা খোন্দা রাকম কয়া তানরি। মণিহারদি অনাবনা করবদা মরুপ্না থিন্দোরক্তুনা শোরক্তা লাওবছু তাররে।

ইবো—ঐখোয়গী স্কুলদা ওঝা ওইরিবা 'মণি' না হৌরগা 'হার' না লোইবা ইম্ফাল মচাদো মমা পোক্তবীনা য়োকপনা শাইগং-শায়া নপ্তুনা, লমহাং উপাল য়ারেকপা য়ুমগী পোম্বীগুম মীয়ুম পুন্সি তাল্লিবদাই। মহু লঙজরিসে ঐঙোন্দা।

সনা—তামো! মাদি ঐখোয়গী শোমদগী নিংঙোলকাও

কংবা ব্লাগদৌরিদা! অদুবু খাইদা খদ্মা শারিনে।

ইবো—উম, মানা ঐগী থোইবী হুদোরি। হুম, কায়দে, ওফাসি ভাম্বোখিবা ভারিদা। থরাইসি নাইদা! ইপাগীস্থ য়েরুবা ইম্ফাল মচাসি লৈবনা ঐবু চানবিগদবীনা চানবিরেনে। সিবু কনাদা রাকৎসিগে?

মণিহার "অভেং মকমদা, চুম্মগী মীগী খাক্কা থেংনরবদি মুংঙাইগদবনি। নত্তবা রাঙাংদা নরমচৎ হেম্না থীহন্নবনিদো।" খন্না চৎকদবগী তৌরে। অহৈত মুম্ন বুদি নিঙম্নবগী মাম্নবা শান্নৎ ম্নাওদবনা লামশিনবা মভিক নত্রে। ভিঙদা ম্নাঙদা নিংথিবী মণিতোম্বীগী রাখল্দস্থু চোইংরোল লোল্লিবা ইবোচাগী ম্নাপাং-লকই সনামচা।

সনা—ঐস্থ চাক্লিবনি, তামো! ঐবু মু খকস্থ হায়খিব-স্থদমক ইতোমতা ভাঙ্গোই তাদোরে। অঙ্গাপা খুম্না মনাওনা ঐবু 'ওঝা য়ুথকপা' হায়না পন্দোক্লি। ঐথোয়দি খাম্নগঃ হেন অাংনি। ভাসাদ ইঙাও ভাওজ্রি তামো! মাহগা মপাংগ। মপাংনস্থ ওম্নকই। শেন্দ্রি ম্নাম্না শোৎলকই। অদুবু অমুক চংলুখিসি, তামো! হয়েং কেরাণী কৈজাউদগী 'Advance Pay' লৌরগা শিংদোক্কে।

ইবো—কৈ! মহু ম্নাম্না খাগৎনিংঙাইনি। মতমসি ম্নাম্না থেঙলবনি। ঐথোয়গী য়েরুবশিংগী মমিং পেম্না ;পেম্না পন্দুনা চৈবা ম্নাবনিনা, সনামচা।

সনা—লোইনা তুম্নগবনি তামো লাউবিয়ু, লাওবিয়ু।

নিপামচাস্ত ময়ুমদা লৈতবগুমই ! অভৌবনা, মমাদি য়াম্না নিংথিনা পোত্থাত্থনা ভুমথ্রবদা, মপাবু অমুক থিনিংলক্লে। অত্থুবু ম'যগৈ খঙদে। হৈহে ! নিপামচাগা মরুপ মনাওগদি কৈথেল শঙমল অমগী মরুমদা ইবোচা সনামচা অনিবু রারক্কে হায়না মৈনা মৈচুরকপা লুমত্থুনা লৈরি। থোরক্লে ইবোচাগী মচীন্দগী মখোয়নিগী পুক্লিং রায়ব মৈজাউ রাহৈ। মৈহুম হুমাই ওইরি সনামচানা।

ইবো—ইপাগা য়েংথিনবা নিপামচা, মচাত্থুপা অভৌবা অত্থুগা মখোয়গী মী ওইবা মণিজাউগী মপা.........।

সনা—'মনাও' হায়বা 'মনাউ' কৌব্রা, অত্থুগা ঐখোয়গা অনুক্ত নাকপাক তানা হাইদংনবা পামইদা!

ইবো— হৌজিকমক থোরকউ অহল ওইরবা নিপামচা! লোয়নরকউ নচা অভৌবা! ইপাগী মরল পাম্বশা! ওইজৌ মীয়ুমদা তিংলিবা ইম্ফালমচা মণিহারস্তু নখোয়গী মী। লাউ! লাউ! য়েংখোক্লসি লাউ।

সনা—মনাওগা অমত্থুগনি ঐগী য়েক্লবস্তু; থোরকউ হৌজিকমক লমজাউদা।

ঙাওবা নত্তে। ঙাওশিন্নবনি। সনামচাগী রাঙাংগী ভুংদা ইবোচানা নিপামচাবু পীবন-পাবন চৈরকপা, সনামচানা মনাওবু চৈনা চৈনা রাপাংলকপদা লুম্লিবা অনিত্থু ফুক ফুক হৌগংনখ্রে। হোংচিন্নখ্রে ফিশেন্নত্থুনা। মরোল খোক্লদে। মপা মপা তম্না ফুজিল্লক্লে। চীন্থীবা অনি বুদ্ধি মমই। মথা চীক্লা

'পোপ' 'পোপ' লিরবা খুত্তুম্না মচুবা মচুবাদা, মৈকম খঙদবা মৈশক উহনবমখৈ, থোমজিল্লি। নুংঙাইখ্রে ফুবা! তারোই খঙলোই থন্না ঙাংখিবশিংনা মখোয়বু শামু পাঙ্গল ফংহনখ্রে। রায়াম ঙাংবনা চৈয়াম ফংখ্রে! সনামচাদি খরগা পাবনে অশি ময়ুম য়োদোরে। থাপ্তুক তারিবা মণিহার চৎনিংলক্লে। মপুক্লিংদা "ঐবুস্থ মখোয়গী মীনি হায়না তান্নবিরক্তনকো।" খন্না খন্না খোখ্রে। অহল অনিত্থস্থ চৈবুন চারবা অনিত্থদা "হৌগৎপা হেক ঙমদবমখৈ লৈহৌরোকো নখোয়নি!" শাউনা হায়রম্লগা চৎখ্রে। মখোয়নিত্থ চত্রি অমুক লোৎখ্রে। খুত্তুম খুথা নংলবা অনিত্থ চীন্দি লেপ্পিংদ্রি। অত্থবু ভাব কনা তাখ্রে।

ইবো—শেল অত্থক তিংনা ঙাওজরগা কদাইদগীনো থোৎচ-নৌজদ্রবা খুৎকী খুথাদা হেক খীহল্লম্মীদা! তুকচখ্রেদা ইপা ইপু নোরোক তাখ্রগে!

সনা—হোয়নে! হায়বু হায়নিংদে! করম করম্বা শরীশিংনো শকথঙনিংইদা! শেল মাঙলেদো! ফত্তবস্থ হেন্না শন্দোকপিখিবা তারেদো! ঐবু ওঝা ওইরিবনিকো! ছুটিস্থ লৌমন্দুনা লৈত্রে। ইমিৎ ইমায় ইপোম পোম, ঐনা হয়েং স্কুল কাবদা অখঙবা ছাত্রশিংনা য়েংনগনিদকো! খল্লুবদা দায় মপাক মপাক হল্লিদো, সত্য!

( নিপামচা মনাও অমুক চংশিল্লক্লে )

নিপা— মথা তানা ঙাংলমু! থাপ্পা চৎখ্রো!

সনা— আয়! আয়! অমুক থোরক্লে! করম্নো! ( মখোল

থোক্তনা ইবোচাদা কিনা নকশিল্লি। ইবোচাম্ব হেন্না কিয়ে )।

নিপা—তেলঙ্গানা ভাওথৈ খাওরগা রাত্তোন্দা য়ানবা, মৈরাম্বীনা মৈমুংদা লানবা, নখোয়না শেল তিংথৈ ভাওরুরগা চৈরক্তা ! মথা তারম্ভ ! চরম থৈগে ! অচওলক্ত তিন্দনবা মোংফম থোঙহাংলম্মুরা ?

মনাও—ইবুংঙো ভাসেপ, সনামচা, লুখম খীবা চিবানদোং, নংবু ওঝা ওইরিকো ! নংনা কনাবু শেম্বা ওমগনি ?

নিপা—হায়রু শেংনা নখোয়নিমক। ওসিগী নখোয়গী নরাহৈশিংহ অমুক তুংদা পল্লরোই রাশকউ। নত্রবদি, রাকচীং উলক্তা পাৎকী লৈনাংদা তিঙদৌরিবনি ; শোরোক খাগী উকুমুংদা নপুন্সি য়াহিপ কংদৌরিবনি।” মখোয়নিমক “তোকচরগে কনবিয়ে, ইপা ওম্বখোয় !” খুরুমহনা হায়জবদগী খাদোকপিয়ে। লমহেনবশিংহ চংহনপ্রগা লাক্লে মখোয়নিম্ব।

মনিহারদি ইবোচাগী মতৌদা মনিতোম্বীবু ‘খাদোক্লসিরা ?’ হায়বা রাসি য়োকখিবওম তৌপ্রে। মমুমলোমদগী পাউ অমা লাকপদগী ওইনম্ব তৌই। অয়োনবা করিনো খওক্রি।

মবুংনা লাইরিক কত্রবন্থ মচল মুপী মুংশিরৈদি চৎনবা য়ানা মকরি। মপাসি হন্দক্তি নহাপমথৈ লোয়নরক্তবা পাইরকী অনিওবা অমনা লাকশিনপ্রে। মচাগী চহি পরিক্ষা খিত্ত ভায়রবা মতমদা সনামচাগা কোয়চেন চেনমিন্নবদা নোংমতবু চাকশা কংখিত্রে, মতমচানা তুমখিত্রে।

ঙুংশিরৈ ‘class IX’ লাম্বোক্লে। চুম্না ঙম্বদ নত্তনা মথং লেপ্লরে। অতৈগী অঙাং ওইরবদি চিংনগোইদবনি। ইবোচাগী মচা ওইবনা থাজনজ্রে। চুমদবা অয়োন থবক ভৌগনবা মপাগা সনামচাগনা চৌগ্না মেন, শেম্না থেম অচুগা করিঙুম্বদনা মরাল লৈজদবা থবক মচানা হিংজবাশিংবু কিহল্লুনা কংবা মিংচৎ ওইরম্লে। ওঝা অমা অনিস্থু চেন্নরে। মচাম্নুপীগী স্কুলগী ‘Head Mistress’ না লুচিংহুনা অয়ানবা ভৌরম্বশিংহবু ন্নারকখি। হে ন্নানোম্বা! শীনবা থুংলে ননম! লৈরিবশিংগী মকম ফংল-গদবা লৈবাক্কী মপু ওইরগদবা, নৌরিবা, ওংদম্নক্লিবা শেম্বিবা মপুগী পুক্লিং লোয়নরিবশিংগী মথৌন: মরোশিং তানকম কাওবদা ইকাইজ্রবশিংনা শন্দোরক্লি লেপ্তুনা। কনানা খিংবিগনি? অদুবু, শোম্নয়োই, কেমগনি নোংমদি নিঙঙমদবনা। কত্তবা মরু অমু-মচাদি সনামচানা কন্নখি। মসিগী ফলনা সনামচা বি, টি, তম্বা খিংগ্রে। ওঝা ওইবস্থু মতম থরা লেপ্পা তাগ্রে। পুংমাঙ মাঙলে। চওশ শিবা য়ান্নবনি অমুমচা। অদুবু, ইকাইদে। মবাই জয়কুমার মশেনগী য়ুমদা খোঙদায়খিজ্রে। মমায়কাও ওন্নিংখিজ্রে।

অনৌবা নাচোং থা লাকপগা লোয়ননা য়েক্ক উন্নেন নংলুবা মশিহারগী পুক্লিংস্থু কুমগী না'হুল তমগ্রে। অনিশুবা ইংরেজী থাজৎকী ২৭নি শুবা মুমিৎনি। কুমওন কুমজিন মুংওস্থা, মুয়া শাখং চায় থ', অথোংইবা কুচৈ য়াউশং থাগী থাজ মায়খোঙ পুঙওইবা মৈথা মুমিৎনি। লোইদাং থয়োঙৌখোয়দি নিওজবশিংদগী

পামজবা খুদোল ফংনখ্রে। মণিচারদি কাবংস্থ তমখি। রাখঙ-দবা মারা? নত্তে। থাদোক্লগে খনখিবদগী তুমিম্না লৈথোকলুবনি। ময়ুমদগী লাকখিবা পাউহস্থ অতৈ নত্তে, অসিনি—খোইবগী মচল খোইবীবু মমাতোম্না মমৌ ওইনবা হায়রুনা থম্লে। অহুবু লৈনখ্রবা সুংশি মরীদি তৎনবা রানা খোক্লে। অহুদা রাকম অমদি খন্নগদৌরি। মমাতোম্না মরা তাদে হায়না রারৌরোইজ্রা? খঙল্লে। মণিতোম্বীনস্থ অস্থুম্না খাল্লি, "ঐবুদি কদাইদগী তশেংনা নিঙবিগদগে! লাইরিক লাইশু হৈতবীনি, ইশকস্থ মীথোইদবীনি; ইমা লুখ্রাবী লায়রবীনা চীংখোঙ চীংয়াদা য়োকলকপী ঐবুদি কনানা খোয়দাবিগদগে।" অহুবু রারৌ চাউবা সুংশিবা হায়বহুমক্রি। রাখল তিম্নরবা মখোয়নিবু কনানা থিংলুগদগে? অহুনা রারৌরিবীহুবু সুংঙাই পুক্রিং রাখল লীশাং থাহনগে খন্দুনা নুমিৎনা অয়ুক কায়নরবা মতমদা ইম্ফাল সনা কৈথেল পাংলকই। খল্লি চংনা চৎনা "তুবস্থ নংলরোই, অহুগা অতুবা ওইনা লৈরগস্থ, য়োল্লিবনস্থ মানস্থ, ঐবু করি হায়না খনগবা।" য়ৌরহুনা হাইজিনখ্রে ফুরিৎ অতুবা য়োনবা তুকান অমদা। ইকাই-ইকি হুন্দোক্কুনা চংশিল্লগা "খঙদেদকো। থৌরেম তাদৌরিত্রা? মচুগীদি পেক্রকাসনা ফগনি খল্লি। মসি চাস্থ চাগনি। চারমত্রগাদি হেম্না রাখঙদবা তানিকো। অহুগা নুমিৎস্থ শগোলশেন ওইরমান্নেনে ঙাসিসে। অহুবু, পামজবাস মমলাদ হংলগে।" খনখ্রে। অথক-অরং পাম্বশিংদদি ফজরয়োইদবা অহুগা মাগীদি মাদনি খঙ্গুরিবহুনা সুংশি খুদোল পলহৈদে, চাম্ন পোৎলান চিংনফদে খন্দুনা অনিঙবা তানখ্রে।

মনিহার— মসিবু কয়া লৌবিগদৌরিবনো ?

দুকান্দার— লুপা তরুক মথায়দং হায়জরি।

কোক পীথোক্লিংই অদুদা, অপঙ য়ারীনহৌরনি খন্না অদুগা শেঙ্গোই নংবা য়াউশংবু ইকাই খুন্না "মঙাককাদি য়াবিরোইজ্রা, মসিবু ?" নোকমি নোকমি হংজে। থাপ্না লাকই, অতূবা লৈরিককা খন্দুনা নম্বা ঙমদে দুকান্দারনা ইতোং-তোংদে খল্লুরগা "ফনি কান লৌবরো," লাম্থোরক্লে। অতোপ্পা কিশিংস্থু হোংবিনিংই অডবু মদুদি খঞ্জবদা মঙায়রে। শেল ওইনা তম্নগে খন্দুনা ময়ুম মায়কৈ মায়ওল্লমদনা থোরক্লে।

হেক থুংবগা শোয়দনবা শীন্নদুনা মথুক্তা লুপা ৩০ গা লোয়ননা য়োথ্রে। লোইদাংনা বিল্লুই। "করিনো ? কদাই-দগীনো ? ইশ ! পৈশাম্নু !" থাদোকপিরে খল্লুবনা হংজখি। "নংসিমা, ইতা, মুংঙাইজখিব্রে। কিজদুনা তৌবনি ; অতৈবুদি খঞ্জদ্রিবনি !" মমিৎ অনিদি ঈরা হৌরদুনা লৎনরুবা মশাবী খুদোলবু চিংনদনা লৌশিনখ্রে। "লিৎলু, চাত্রা য়েংগে।" মতানা চপচাবা খঙনিংলি। ইকাই ইকাই থম্মোই তিঙ তিঙ, ইকোই কোই কোয়না কোয়না য়েংলগা নিংঙোল মকাদা চংদুনা লিৎ-শিনখ্রে। "ওম্মোক্লা পকচখ্রে। সিদগী হেম্না চাবস্থু ফংলোই। ওন্দুনা তূবস্থু শোয়নরিবনি। ওম্মোক্লা হৈঞ্জবা জাৎনিহৈ, ইতা।" পেল্লবী মতাগী রাসিদা খোয়রুম মোমোনস্থু তৌজখি। লো-থোক্তুনা নংলবী মাগী কি উপুদা মল্লবা কিয়োম্না কিরেনমক্নি খম্না য়োমজ্জরগা হাপচিনখ্রে। পৈশাদুস্থু উপুদুগী কিরক্তা য়েপ্তুনা

খমখ্রে। মখোয়নি মখা তাবা য়ারীদা মতম খয়া কাইখোকখি।

নোং ওায়ে। লৈরক খোঙ্গাল খুদিংমক মচু মচু ঈরাও লাওই, ঈনোম নোমই। তারমদাই সুমিৎকী মঙাল মতমগী মচুনসু হেন্না ওাংহল্লে। খীবা লৈতে মতমসিদা, য়েংনিংদবা য়াওদে লমদা খাদা। মপিঞারক্তা লৈরকমুংদা খাংগী কিনা নিংথিবা ফিজেৎ তাল্লকপদা, নমগী কিদা লেমজ কিইন থুংলকপদা খোংখাং লেপ্লিবী মনিতোম্বীগী লোৎচরিবী ওয়াংগী খুদোল ফুরিৎকী চুনা চাবীবু চাঙ্গে হায়বসি লৈপল নারক কাওদোরকপা মণিহারগী মিৎনা উখোকখ্রে।

খুল্লাল-লৈরাল চৎনবী শেনখায়নরুবা লোইনা য়ুমজংনরক্লে। খওহৌদবা অরাবা পাউদম তানরে! মনিতোম্বীবু মচেগী মতৈনা জীপ্ত। হূরাল পোৎলাকুম চিংনবা শীনখি। লৈখোরুবা হোৎবদা থরোওৌনা চানবিহুনা চিনবিবা সনাগী লৈ নামা তাহৌরে। লায়রবী ইবেচানা শিংনবা হোৎনবদা লৈরিবা মপুন্সিগী তংখাইদি কোয়গনি। তোমচৌ অমুখোই শাউবনা মৈ হৌনরে। অহুবু, তম্ফাগী য়েংবদা রায়ায়খিব্রে। থরোওৌখোয়নসু রাবুদি কয়া হায়ওমদে। অহুগা শিংব্রবসু খোইনা কায়দমাল্লে খবৈ। করিদগী? মনিতোম্বীনা চিঞ্জরোই হায়না হায়না থরোওৌনা "হেবা মাওলবসু সিদগী হেনবা অমা শাদোক্লগা লোইরেদা" কাগি রাহৈদা নমহুনা চিনবিখিবনি। অহুবু, মহু হায়খি হায়হুনা শিংলরোই হায়বগী রাদি নপ্তে। নংবা—অসিগী রানি। অহুবু পুওশিং শিংবদি তৈব্রংসু তখাই অমদি হঞ্জিনগে খঞ্জরি ইবেচা। মমা

অমা ওইবগী থাক য়েরক্রবী থাবুম ৭।৮ নাউপুরক্রবী তম্ফা, মশাগী অহুগা মনাউনা মাঙহনখিবা লৈহুগী মপামলোমগী ওইবা রারবা রাখল থল্লুবদা অহিং মুংথিল পোথ্বাবা কংজখিদে। মচাহনগী অরাবদা মমা ইবেচা হেম্না শোনখ্রে। অমুমচা মপা মচাখোয়দি করি খল্লি?" "ঐ চুম্না কোয়বা চৎচবনি। মবুক থীবগী ঐবু হায়জিন্দুনা মিংচৎ থীহনবনি। মীনা ভাবা য়া-য়োইদবা রানি," ইবোচাগী চীনবান খোইহি ভৈবা মপাম্ন য়ারে। অহুনা হেম্না তকশিল্লগা তম্ফাদমক য়াম্না রাদৌরি। কঞ্জকম লৈতে অতোনবা!

হে মীওইবা! অরাবদি নংগল্লি; অহুবু হৌথিবা পুক্লিং পোৎলুম পুঙয়াং য়াংহনবা হয়াউ খোদোকম্নু থেংনদবদি নত্তে। মসিগুম্বসিনা হিংনরিবনি। লাইবক ফবী হায়বহুমক ওইরিয়ে ইবেচাম্নু। থাজনরুদে মাগী অকবা থুংগনি হায়বসি। অহুবু মরাকই! মদুক্তা য়োকচবা মচাগী থরায় ওইজবা মণিহারনা ফংলক্রে মাঙখিবা লৈহু। অতম্বনা পিবম্নু ইকাইক্রুই। ঈকং থা ওইবনা লৌবুক লমজাউ শমহুনা চৎপদা লৈক্রেক অচোবা অমদা, মাগী থম্মোইনা তত্তনা খিবনা, চঙ্তুন্না লৈন্দ্বহু থেংনক্রুই। হেন্না থীখ্রে ইবোহল মপা মচাখোয়গী হান্না মক্লবা মিংচৎ। মুপিজাগী মপোক কংলিবী মণিতোম্বী হয়াউ কুম্মে খোকপ্ররোই হায়না চপ লেপখ্রে।

মাণিহারম্নু খোমদোল অমুচৌখোয়না পরিক্ষা শুম্লক্লবদি কলেজ ছাত্র ওইপ্রগদবনিনা ইবোচাগী কিজবা মত্তৌদা খুম্নোদা

লৈরোইদৌরে। মখোয় পরিক্ষা হায়দোকত্রিৱৈদা ইম্ফালদা 'Type' ফুবা তম্লনবা ওসি হয়েংসিদা ময়ুম থাদোক্লগদৌরি। অদুবু ময়ুমদসু লৈনিংদ্রি। করিগীনো? অহন লমনগী সেবা তৌনিংদ্রবরা? নত্তে। মমাত্তোন তোঙ্গাউবীনা মানা পুশিল্লকপা পৈশা পেনবা লৈতে। পাখং ওইবগী ফুরিৎখাউ শেনফাও খাক্ত-মখৈ পীশিল্লবসু চানবিরোই। অদুনা থাপ্লা হুংশিবা তৎনদনবা মীগী য়ুমদা লৈরক্লি। মীগীসু কান্নবা তৌরকই। মীগীদা লৈনা লৈনা অঙাং লাইরিক তম্বি, শীং খায়, শুমাং ল্লাই শিৎলি, ইংখোল শূরিবনি অমস্থং করিগুম্বা মতমদা লৌ-ফাওবা কুমই। থবক ময়ামসি ময়ুমদা শেলগী মথক্তা তৌরবসু চানবিগদবা লৈত্রি হায়বাসি খন্দুনা হৌজিকসু ময়ুমদা লৈনিংদ্রি। মচল নুপী তোম্বীমচাসু থাজ-য়োঞ্জ য়ারক্লে। শেলগী মখৌ য়ামনা লাক্কদৌরে, অদুনা শেল পৌখোকপা য়ারোইদৌরি। অদুগা ল্লাফম অমনা, মপানসু মচলবু হান্না লুহোংত্নুনা পামজবা মমাক্কী ময়ুমদা লৈহন্নিংলি। তোঙ্গাউবীনা মণিহার হান্না লুহোংলবদি মচানুপী হোওনবা পৈশা লৈহৌররোইসু খল্লি। অদুগা মীগী ল্লারীদা মতম মাওহন্নবা মীশিংনা মণিহারদা, মমা পোক্তবনা য়োকপনি হায়না পাউখোকপিদুনা, মখোয়গী মচা মশু পীন্নিংদ্রি। অদুনা মহাক পাখং ওইখিবা তারি। পূম্নমকসি খন্দুনা মা মাগী চান্নবা মরুপ অঙৌবগী ময়ুমদা লৈবা তারি। "মণি-হারগী লৈক্কম লৈতবা হৌনব্রা? তাম্থোরকপসু নত্তে। ঐগীদি, মানা তোঙান্না লৈনিংলবসু অল্লাংগী শঙসিদা থারগা লৈজসনু।

তোমচৌনবু শাউগনি ঐবু। মানবু য়ারব্রা ?" খোমদোলখোয় থৌন্দনা চংগ্রনি হায়বদি খঙই নিপামচাস্থ। অতুবু তোমচৌ-খোয়না থাদোক্লিংখিরোই খন্না মচাদা হংলি। "খুরাগা ইন্দোন-গনস্থ মরুপপু থম্লিংলিবনি, পাবা। অতুদা, লৈগদবনা য়াদ্রে। হয়েংমক লাক্লিংলে মফমসিদা," মপাদা মরুপকী পুক্লিং রারেপ পীখ্রে।

খুন্নৌদা পম্থনিংদবনা মরুপকীদা থুংলরে। থাপ্না থবক তৌবনস্থ মাবু কোয়চেন চেন্না লৈহল্লি। অতুগা অমুমচা মপা মচা থেংনবদা মাস্থ শাহিং চাবা লমজাউ শাজাউ ওরুদনবা থৈদোকপদা রাবগুম মুংঙাইবা ফংবা লৈতে।

খোমদোলখোয় কলেজ তমখ্রে।

---

## (৬) পেন্দ্রে মাস্থ

মুংশিরৈবু মপানা লোন্না শেনয়াম চৎপা ইকাইবা নংবদগী ইম্ফাল্লোমদা ইংথোল অমা তল্লে লৈরগা মমা মুমিৎলৈগা লেঙদনা লৈহল্লগা হৌগৎলক্লিবা স্কুল অমদা মহৈ তমহনখ্রে। অমুমচা মশামক্তি চেন্থোক চেনশিন তৌবদা য়াম্না রাগদৌরি। থোক্টবা কৌবতুনা শীনবদগী মুংশিরৈ ইম্ফালদা লৈরিবনি!

মুপীমচাশিংগী মরক্তা থরনা, 'অঙাং' হায়বতুমক ওইদ্রবী-শিংনা, খুবোম কুপ্ত ফিজেৎ পামজবা, অতুগা মুপামচাশিংনা

খোংগ্রাউ শেৎলগা অনপ্পা অয়েৎপগুম লিক্লবা—অসিবু কদাইদগী লাকপা লমচৎ লাম্নথুংনো ? হুংশিরৈস্থ পামজৈ মখোয়গী কি-জেৎসি। অঙাং নত্রবনি। অদুবু অরেম্বা ফজবনি থন্না পামজরি। ঈশিং হুংশিৎ, অইং-অশা মান্নদবা, মরম খুদিংমক্তা খেন্নরবা লৈবাক্তী মীশিংগী লোয়নরক্লবা ফিজেৎসিবু অয়াম্বনা তুক্কচনা থন্নরি। চুম্মি হঙ্গোইবা পোক্লবা ! ফিনঃ কৌথৎ-লিকথৎলকপদা লমচৎ লৈখা তাদৌরে। 'চৎনবীনি, মতমগী ঈরাং থঙগদবনি,' ঙাংনবা লায়নাসি শন্দোকপা অহনস্থ য়াওদবা নত্তে। অদুনদি, নোংমদি চৎনবীনা মীওইবা ঐখোয়গী শাদগী তোপ তোপলিবা গুণশিংসি মুৎথৎলরবস্থ মতমগী ঈরাংনি হায়না হুংনাংদনা লৈথোক্লবা তারিব্রা ? লুই থনবদা ! হুংশিরৈগী মপাসি মতমগী চৎনবী থঙবা হুপানি। খুকউমক য়ৌদবী মচাগী ফিজেৎ পান্না শেৎহল্লি ! হন্তু থংদা খোঙজি থাংবা, য়ুমগী য়ুম্বুবী লৈনা লৈনা কুন্দো পরেং শিনিংবশিংগী রাখলগা য়ুমথংনবা অমুমচাগী রাখন্নি।

মপোক কওবী তম্ফাস্থ মপামদা অমুক তান্নক্লে। সেক্রে-টরী অমুমচাগী থোওং পান্নরক্লবদগী ওঝা য়াইমা অমস্থং ইরোচৌ লুপা ১০০।১০০ হেঞ্জিন্না লোৌরগা তোকখ্রে। অতৈস্থ য়ান্না পেন্নত্রে। লৈনা লৈনা পীনিংদবা মাগী মতৌনা তম্বিবদা খোয়জংহন্ত্রে। মসিনা পুরকপা অমাঙবদি করিনা ওন্দুনা য়েংলগা থঙগনি ? থঙবা লৈতে মপু মাদি। অদুগা তোকপা ভারবা ওঝা অমনা, তলবনা করিগুম্বা ফংবা ভাররস্থ, থাগী

১৫ | ১৬ শুবা মুমিত্তা ক্ষংনবনা থারোইদা থাবুম শাবা পাম্ব-শিংনা ফরক তানা থাখায় অমদি অরেম্বদা থবক তৌরম্বা তাই। মাগী মতৌনা হায়বনি; মতুদগীসু হেন্না কথোক্লম্বা য়ারনি। মতুদগী হেন্দোকপা রাসু লৈরি। মাগী স্কুলদগী হেক চংখিবা ওঝামখৈসি, শেনগী মতাংদা, মী খুদিংমক্কী অরোইবা থাগী তলবকী রাফমদা, মাগা মুক্নবা ভাক্তনি। হৌজিক ফাও-বদা ওঝা ইবোবী, ইমোবী অমসুং অচৌবীখোয়গী থা অমমমগী পৈশা লৈরিবনি। মাগা মান্নবসু তন্নতুনা মানা ওন্নিবনি। মখোয় খুদিংমক্না থন্নায় য়াওনা শীঞ্জবা কায়ন থৌরমদা, মুংশিরবা ছাত্র অমসুং ওঝাশিংদগী বিদায় ল্লাহৈ নিবদা অমুমচাসু "মুং-শিজরবা ওঝাসিগা কায়নগদবসি খল্লুবদা পুঙমদবা অরাবনা নল্লে। অতুবু কাউনগুমশি, মুংশিনসি মতুনা থাপ্পরবসু তৎনরোই," ফজ রাঙাং পীররিবনি। অতুবু, শূজমল শেন্না তুংইন্দবা মাগী য়েক্ক মউ চাউনবা রাঙাংদা তারে। হৌজিক নৌনা অমুক কুলচন্দ্র তোকপা তারে। ফজনা কায়নরে থাবুম অমগী মমাংদা খঙহন্দুনা। অতুদা, স্কুলগী শেনয়ামবু মশাগী ওইনা পুথোক্তুনা শেন্দোই চারিবা অমুমচানা কুলচন্দ্রগী তলবসু হাৎখ্রে। ওঝা গোপালসু রাজনীতিদা থৌবুরেন অমা ওইরিবা 'School Managing Committee' গী 'Chairman' তোম্বদা স্কুলগী থৌরম অরুবদা রাহং-পাউহংগে নিংলক্তে। রাজনীতিগী লম্বীদা য়েং-থিনবা মরুপ কাংবু কাংবু লৈনরকপদগী থোরকপা চান্নদবনি। মরুপ মরীদগী মখোয়নি চান্নদ্রে। গোপাল তোক্লিংলে।

কুলচন্দ্রগী তলব চন্ত্রিশৈদগী নাবা হৌথ্রবনি। চৎলগনি তারক-পদগী হাৎনবা অরোনবা লম্বী শেমথ্রবনি। খল্লুবদা মম্বা য়ৌই। মনিঙ মমাং ইথৎ থংলি। তোম্বম্ব অমুমচাগী চুমদবসি খওদবা নত্তে। অদুদা মথক্কী অহনস্থ ওইবনা করিমতা হায়দ্রে। মসি, মখোয় মান্নবনিদা। অদুনা কুলচন্দ্রনা মখেন অমা ওইনা 'Chairman' দা চেবাংদা রারোল থারকই—

ইবুংঙো তোম্বা,

ইনাওমক্ক শীনবিব্রা? খোল ফজবা 'Secretary' না হাৎলিবা পৈশাশিংসবু ইবুংঙোম্ব ফংবিব্রা? ইবুংঙো অমুমচাদি 'M. L. A.' অমা ওইবা তাল্লিবা নত্রা? ইবুংঙো য়াওনা ঐখোয়গী শেন্দুনা ভোট লৈবিগদৌরিব্রা? শেন্না কানবা শীন-বিগনু। শাশিন্নদবা থবক্কা থীওমদবা ভোট ফংনবা হোৎনবিয়ু। চোংথোক চোংশিন ফমশেন্নবা মশক মচু লেপ্তবম্ব তৌহনবিগনু; হুরানবা মীহাৎপা শেংদোকহনবিয়ু। অদুবু ইবুংঙোখোয়গী মতৌসিদি, করিগুম্বা কারবদি, ইবুংঙো অমুমচানা 'MLA' অমা ওইবা থোক্লবদি ইবুংঙোগী 'MLA' সিগী মপুঙ ফাবা রাহৈ-শিংদি 'Monster in Liberal Assembly' ওইরবা তাই হায়না খল্লে। মিংচৎ থীবা তানবিগনু ঐখোয় ওঝাশিংগী রারীদা ইবুংঙোখোয়গী ভোট ফন নিংথিনা ফংগনি। ঐখোয় অমমমনা য়াম্না য়াম্না মাঙহনবা ওমগনি। পীথোকপিয়ু ঐখোয়গী ইরল, লৈবাক মপুগী য়েক্লবা ওইবিগনু। রারৌবিনু। লোইজরগে। তাং ৭।৫।৬৪ ইং।

নহাক্কী স্কুলগী তোকথ্রবা ওঝা,
শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ।

শাখপ তোয়রিবা চেক্লাগীস্থু থুংফম লৈদো; শক্সিবুগী ফুংশিংস্থু মতম নাইবনিদো; ঈঙাগী ঈচাওস্থু থৈদোকপা ময়াগনি। অদুবু ফত্তবা মিংচৎপুদি কবিদা তুংহল্লগা ফাজিনগদগে? করম্না করিনা মতম নাইনা য়াৱীনহন্দুনা অহাঙবা মতমদা অকবা পোকহনবা ঙমগদগে? মীয়ামগী য়েক্কবা অমুমচাবু কিনা শোগৎপা তোম্বা ওইরম্মে। করিস্থু থন্নবা তৌখিদে মখোয়না কুলচন্দ্রগী য়াফম।

হন্দক মরকসি মণিহারস্থু অমুমচাবু য়াম্না তুকচরক্লে। অদুগা "ঐদি হোংগদববু কিরেনে। ঐগী অহলশিংনা থা অমগী তলব পুশিন্দ্রবদা ঐবু চানবিবগী য়াদি লৈত্রে। অদুবু, তোক্লিংবদি লোইরে। অদুগা, মফম কদাইদা থবক ফংলুগনি? মসিদা লৈবসিস্থু ইকাই খঙদবা থোশীনবশিংগী মতৌদা অস্থুম অস্থুম লৈনিংলক্তে!" খল্লি।

কুমগী মুংজু থাগী মতুং ওইরে। কালেন ছুটি ওইরি। নংবদি থবৎ তৎনরে। ফৌস্থু লৈনদ্রে, শেনস্থু পায়নদ্রে। তলব চাবগী মথংগী থা, লৌমীগী নোংমৈ, চপ চানা শোম্নরে। তলবস্থু পীনিংদবনা পল্লি। মণিহার হয়েংগীদি লায়রবুনা হৌজিক অয়ুক্কী চেং লৈত্রি। শোয়দুনা হজিল্লিবা মণিজাউবু মপা মনাওনা ময়ুমদা মণিহারনা তম্বিবা পামদুনা তমহল্লি। মহুগী লুপা ৫০ দি ফংগনি। অদুদা, হৌগৎলকপদা ঙায়রি। অতৈ অঙাংস্থু তম্বিয়ু হায়রৈ। অদুদা পামদবুনা মণিজাওদবু লৈথোকপা য়াদবনা তম্বিবনি। চাউথোকপনরা? নত্তে। মীসি জাৎ জাৎ

থেংনবনা মণিহার পৈশা পামদে। “ঐগী ইচা তম্বীরবদি পৈশা হান্না কংজগদবনিদো,” চাউথোক্লবা অমুমচানা শন্দোক্লি। স্কুল অমগী 'Secretary' ওইরগা “ঐদি চাউরিবনি! ওঝা কয়া ইখাদা লৈরিবনি,” খনবা অমুমচাবুনা হেন্না কিখ্রে। মচা ইবোতোম্বী কালাগা তিম্মহুনা স্কুল খুদিং চেন্দুনা মশাবু ফত্তে হায়বশিংবু য়েক্লবনি খন্দুনা তম্বিরিবশিংবু খাজদহুনা “মীচং মীথায় নাইদবা স্কুলদা মিং চল্লগা পরিক্ষা অচৌবা য়াওখিনি” খন্না মফম কংনবা হোৎনরি। মখোয়সি ১৯৬৩ গী অচৌবা পরিক্ষাদা শোয়হুনা হন্না চহিসিগী মীখন পরিক্ষা য়াওখি। মহুস্সু শোয়রহুনা তৌ-রিবনি! মখোয়গী রাদা মতম মাঙহন্দবা পান্নরে।

মণিহারগী লৈত লাইর রারী তোমচৌনা তাবদা চানিং-থক্লিংবা মাঙখি। মাগী মকোক্তগী ফৌ শংবাই অমা খাইরগা পীনবা শিনখ্রে। অহুবু কনানা শুবিগনি? থবকস্সু চিনবা মতম্নি; অহুবু খোমদোল অমুচৌখোয়স্সু লৈবনা, লোইদাংস্সু লৌকুমদবনা মখোয় ময়াম চঙহুনা চেং ওস্থোকপিরগে খন্নরে। অহুবু অয়ুক্তি মণি-হার চাদি চাদনা চিন তেংলগা লেল্লে। অঙৌবখোয়না হেন্না খুদোং থীরে। মতেং পাংনিংবনি। অহুবু, য়াদেদা।

সুংখিল পুংফমদা লিরি-খোইরি হাংদবা নোংলক্তা খোম-দোল মাগী থাপ্তোকথ্রবা ওঝাদা পাউ পীরৈ। চীংজিন থবী অমা পায়হুনা লাকই। ওস্থোকপা হায়হুনি! হায়রৈ, “ওঝা, থবীসি চাবিনিংলোইদ্রা, ঐদি য়াম্না পামজে, য়ুমদদি চৈরনি খন্দুনা পুজরকপনি। থুম মোরোক খিত্ত পীবিয়ু। ওঝাস্সু ফংবিয়ু।”

মণিহারগী থুমফু ইকাইরে, মোরোক হাপকম চঙশি শিরে। থুমস্থু মোরোকস্থু মনিঙ শঙবফাও লৈরমদ্রে। খোমদোলনা মতোমদা "রা খঙদেদা ঐসি," খন্দুনা ইকাইজখি। হায়রিবশিংছুমক্তি অঙৌবগী মমানা পীবদগী ফংলে। মখোয়নি চামিন্নরে। খোম-দোলনা হল্লকপদা লৌবুক্তা হাইজিনখি। লৌরাং শূহুনা লৈ-খোক্লে। মাদি ফৌশুবা য়াওদ্রেনা! মখোয়না লৌকুমখ্রবা তুদা লোইদাংনা শীনবদগী য়াওদ্রবনি।

সেন্থু লোইদাংনা মতা খোইবী মণিতোম্বীদা পাউ তনবী পীরুহুনা ফৌহু মখোয়নিদনা শুদোকখ্রে। অমুচোম্থু লৌরাং শূবা য়াওখি। হুপা অমত য়ুমদা লৈনদে। অহুনা হরাউ মখোই কানহুনা, ফৌ শংবাইহুমা, অতাঙবা হুংঙাই রারী লানহুমা তেল্লবা মতমদা লোইথোকখি।

মণিহারনা "ঐদি পৈশাদি লৈত্রি ; পোত্তি লৌররো হায়রে। করম তৌগনি!" শোল্লিঙৈদা মণিজাউনা লুপা ৫০ পুহুনা লাক্লে। থাদি হৌগৎলকপদ ঙায়রি। অহুবু হরাউই। মখুৎনা "হৈশ। ইবুংঙো, খুরানা তৌরকইবসিদি ইকাইখ্রেদা।" থাগৎপা উত্তুনা লৌশিলহৌরে। থুনমক খুম্নো তমখ্রে। লোইদাংখোয়না খপ্পা খৈবা অহুগা মচং ফাওরা ফৌ মরু অমত য়াওহন্দনা, রাইক মশক উহন্দনা শুবা লোইহুনা থাউদা হাঞ্জিল্লঙৈদা মণি-হার খুংলরে। মাদি খোমদোলনা "ওঝা, পাবনা ফৌশংবাই অমা লৌরো হায়রকই," দমক হায়রহুনা খহীনা "ইবুংঙো ফৌহু নচল অনিনা চেং ওহ্নোক্লবনি। থাউদা লৈক্লিবসিনি,"

হায়রকপদা ঙকচানরে। মমল অদুগা অশুমল লাম্থোরকই। “শেলগী নত্তে অদুগা অশুমল লৌরোই; ইবুংঙোনা পীবিবা তারবস্থু ঐখোয়গী লৈশাবীসিগীদি তৌবিরুস্থু,” হেন্না ঙকই অমস্থুং মমায় শোন্থখ্রে। মন্নুংদা অর্থ লৈবা রানি। অদুবু সুংশিনদুনা পনবা নত্তে। অদুনা খোইনা পেন্দবা ওইদে। অদুগা ঙসিদি লৈখোকখ্রোস্থ হায়রি।

লোইদাং মণিতোম্বী ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে। লৌকারকপদা খোমদোলনা মণিহারগী য়ৌনা লৈতবা লোইদাংদা তমখি; রাকমসি নিঙজবীদস্থ য়ৌখি। চৎপা য়াত্রদুনা হল্লে মণিহার। অশোমদা ইঙোবীনস্থু কাইরকপা য়াই খন্না লৈহৌবনা রাখল লৈতাদনিঙাই লৈতে। অদুনা অহিং লেল্লে। অহিংসি তফাম্থ মমিৎ মমায় পাঙবা মতমক য়ৌরক্রদুনা নাউয়েক কংখ্রে। মপোক্কী অহানবনি। য়ুয়োন-কৈরোন্নবা পুম্বা তুম্ন হিপ্রে। মাইবীনা নোংঙাম্নগা খোকনি হায়রি। অদুবু, কনানা নোংদম্বা মাগী খুজিনবু তশেংনা খঙগদগে? অদুবু, রানবগী মহুত্ত, “কোক হেক পাঙখোক্লগা লোইরে,” পুক্রিং খোগৎপীশিংগী য়াঙাংদা সুংঙাইখোকপস্থ য়াওনরি। নোংজু খাবুক ওইবনা ঈচুখোম্না অহিংচুপস্থ নিল্লকই। নোংয়াই লাল্লবদা শেন্নরম্বা পুম্নমক উয়োন-শায়োন তৌনরিঙৈদা খম্মোই শোঞ্জবী ইবেচানা মচাবু কোন্দুনা মখোন খোক্কনা কপচারি। পিনা চোৎলে ইরফি কিনাদি। তোমচৌনা “ইতৈমা, ইবাই অমুমচাদা পাউ অমদি পীবনা চুমই, অদুগা মখোয়গী জাপুস্থু তম্না ঙমদে, খোরাং তৌদুনা খম্মিমু হায়নস্থু হায়নিংই। ইতৈমনা

করি খল্লিবা ?" ইবেচাদা মপুক্লিং হংজরি। "ইবুংঙো ইতৈমদি, হায়কম খঙদে! চানবিরকত্রনে ?" তাকচরকই। "করিগী চানবিরোইদৌরিবনো ? তাঙ্খাসি য়ৌশিল্লক্রুবদবু করি খন্দুনা ইম্থোক্কদগে ?" "করে, ঐদি করিস্থ হায়বা লৈতে থোকপা তৌরো, মখাম্না ফনবা শীনবিরো!" হন্দকস্থ রা তুপ্পদনা মপামদা লৈরিবনা ঙাংনরিবনি। মণিহারবুস্থ কৌরুরে। কুইনা থম্নরবা তুংদা অমুমচাস্থ ইম্ফাল চৎখিদে খঙনরবনা তোমচৌগা অমুখোইগা চৎপা তাবগী রাকম মশা পাল্লক্লে। খঙহৌদনা য়ৌরে কোম্থোং। মথং মথং চংলক্কু্না য়ুমজাউ মাঙ্গোল কাদৌরে। ময়ুম নিঙবা হূজাউত্থদি মপুন্সি লোম্নত্থনা লৈরমত্রে। অত্থনা মখোয়মক্না য়ুম্বু হৌদোকপা হৌখ্রে। অনিরক "ইবাই!" "ইবাই!" হৌদোকপদা খোরকই অমুমচা। চংজ রাঙাং মাঙওইনা ভক্তি কৎচরকই তোমচৌ "ইবাই নশেম্না খুরুমজরি। নমৌ স্থপীত্থ লোইদাম থাবুম তরা নাউপুরকপা ঙসি থাশুরত্থনা লৈকোয় শেম্বা মপুনা অহিং তাংলৌ অথেঙবসিদা রাই শংহল্লগে থল্ল-মাল্লে, রানা নাউয়েক ফংত্থনা লৈহৌরে। চানবিখিরোইত্রা মমা, মচা মখোয়বু ?" অরেম্বদা তম্নরে থোৎনা থেম্না খম্মোই থেংত্তুবা অমুমচাদা। "ঐখোয় খঙদে! ইশেলখোয়না থোকপা হেৎহেনম্বো!" নাকোং মেন্দুনা থাঙনগদবা পাউখুম্নি। "পূমতৎ তৎনবা তারত্রা, ইবাইবু ?" পেপ্তক্রি। "তৎনরবনি, ইশেল তৎনরবা! মখা তানদবা ফরে।" খোঙ গম খিংজিন্দুনা তোম-চৌখোম্না মমায় লৈথোক্লক্রিঙৈদা পৌরোল কোক থাজিনঞ্জে।

মখোয়নি ইকাইগী মুংশি য়াম্না তলহন হল্লক্লুনা তম্লে। অভাবা খুদিংমক খা ক্রক চীক, পিশুম শুকতোক খাওই। চরৈ কিরেল কিগাও শানা ওকপা য়াবা মণিমকস্তু অক শকখঙদবনা থুনাম্বা কোমদা খাদগদবা অমুমচানা করম্না শকউদ্রিবা ঈ মতূমতবু য়াহুনা পূম্নমকপু পেলহনগদৌরিবনো ?

নোং ঙাল্লে; হাংখ্রে চুরম্বা নোংস্তু। চুম্না হাংবদ নত্তে, নোংপোক চৌংদোল কানা মঙাল মপু থোরক্লে। লমগী চেক্লা ভুখিংলে, য়ুমগী পোম্বী লমথোক্লে। নিঙথোম্বা ঈচুম্না পামেল নাত্তোনশিংদা তনিক তনিক কোরৌ মশেক লাংবদা ঈরং ঈরং লংবত্ত কন্যাগী পোৎলোইনা থাংমৈরেন্দা মশক উৎপগুমই। মায়গৈ তরা হরাউ ঈরাং হৌখ্রে। মালেম লংবা রাংলেন পুংকমসিদা নাউপুবী রাইশংলে, পুক্নী শকখঙদবা য়েৎকী লমদাংদা ভাইবং মীরক তিল্লরে। তরং তরংবা তানবগুম ভাইবংনা তরু তরুবা তানফমদা তিল্লরিবদো মবোক্লা 'তরংখোম্বা' মিংখৈরে।

পূম্নমক পুক্লিং মকা লাম্নরবদা তোমচৌনা মচাবু হুরাংগী চেংহু পুতল্লগা মণিহারগী মতুং ইলহনখ্রে। য়োবগা খাউহ শংদোক্লুনা খোমদোলদা পীরকই ! ইঙক ঙক্লা চেংসুংদা ময়োম মচা অমা য়াওরমই। য়েংবদা হেম্না ইকাইনিংঙাই ওইরে। থুম খরগা মোরোক কুম্থ্রা নিক্ষুমুক্কনি। অতৈনা হাপ্লকপা নত্তে। মণিগী মণিনা, খোমদোলগী রারী তাবদগী, তম্লকপনি। য়ামদবনা "চকাইগৈ, ইতা! খজিক খজিক্কনি হায়দোকপিগনু!" ঙরাং খুৎশিন্নবদা খঙহনজখি। লোইদাংনস্তু হাপকে তৌবনি। অহুদা

ময়োম চাউরগা অতাক-অকোংনরনি খন্দুনা তোকখিবনি। মশা-মক্তি য়রু ওইবা অতোপ্পা পোৎলম, তাইবং মীওইবগী চিঞ্চাকী মহাউ হাপ্পা তৎন থান য়াত্রবা ময়াল অনিসিগী য়ারীসি অভোবগী লোইদাংনা তম্বদগী খঙবা ঙমখি।

অমুমচা তম্ফাগী নৌনা কংজবা অঙাংনা নুপা ওইরবদা "শোয়দনা অঙাংস্থ নুপী ওইনি!" খল্লুবনা খোয়দৌ শাউগৎপা হৌখ্রে; মীনা "অঙাংস্থ নোয়বনা মহানি।" তম্লবদা কংস ওনখ্রে অমুমচা! শাওরি মানা মাগী স্কুলগী ফনবদ শীল্লকপা মণি-হারবুস্থ "ইন্ফাস মচাসিবু করম্বা মতমদা ইথাদা লৈরোইদৌরিবনো। মা লাকপদগীস্থ ঐগী অমাঙবসি অস্থম অস্থম হেল্লক্লে! লম-জানিকো মহাকসি থাঙ্গৈশেংবা। মবুংঙো ঐগীদা লৈত্রবদি চাবমকস্থ কংলোইদবনি। চন্নদবদগী লন্নায় ঐগী স্কুলদা মপুন্সি হিংজরিদো! কংলোই মা অতৈগী মখাদা থবক। হন্দক্তি ঐগীদা লৈনিংদবস্থ উৎচবা শারি। য়ানোংস্থ হৈতবা, মরলস্থ লৈতবা মতমগী চৎনবীস্থ খঙদবা অপঙবা। মানবু কদাইদা চৎকদবনো?"

মণিগার অমুমচানা চৈবসি য়াকংনবদি য়াদনা তায়। "তৌহ্ননা চেনখ্রসিরা?" খল্লি। মচা ইবোতোম্বী পরিক্ষা লাক্রবা, ইবোচানা কনাগুম্বীবু নৌনা পুশিনবা ঙমদ্রবা, নুংশিরৈনা মিংচৎ খীবা কংলিবাস মণিহারনা খোকহনবগুম লোরি। মশাবু মশক খঙজরকপদা মতোমদা চাকথেকচগদবা মানি।

২। ৯। ৬৪গী স্কুল মতমদা অমুমচানা নৌনা চাল্লকপা

মতৌদা “ইবুংঙো, মণিহার কুমসিদি বি, টি; তম্বা চৎপদা তারে। হন্দক্তি শোয়দনা থোক্লগনি,” খঙহল্লি। “অহোয়, খুরাবু” খুমই মপান্দা। মন্নুংদদি “ঐস্লু মন্নুং মপান নাইরগে, রাখল লোল্লগে। খুদোংচাবা হেক ফংবদা ‘Training’ ১ৎপগী রা-ককা তাবিরোই।” খন্না খন্না লৈরি।

খন্নাহৌদবা ঈরৈ চেনবা ঈচেলদা তাউরিবা মফমলৈতবা কাউশীং মণিহার অরাবা পাউ অমস্লু ফংলে। অপাবীনা কুলচন্দ্রদগী পুরকপা পাউথাং পাউজেলনি। মপা নিংথেমজাউ, লাংবল থাগী নুংশানা কেম্লবা য়ুম্লোন্নবগী য়ুমজাউ মৈচাক্তা ময়ুম কন্নবা হোৎনবদা, শিবা য়ানা শোক্লে হায়বসিনি। চিল্লিভৈদা লুপা ১৫০ | ২০০ মুক লোয়ননা থুনা লাক্তবা য়াদে খঙহল্লকই। হায়রিবা শেনফমসি মণিহার মপাগীদমক্তি পাম্মুদে। অদুদা মখুত্তদি লৈতে। সরকারগী শেন শঙদা মাগী ইমুংগী মামল্লা য়োক-থাক্নদবা মীশিংগীদমক্তস্লু খন্দুনা হেক হেক তুঙখৎচরি। অতুগা তর্পোন চাক পীজবদস্লু খিত্তং কৎলগা য়াবদা মমাতোম্না নাপল থোরেম তৌবদা মাস্লু মাবু চানবিনবা হোৎনবদা অরেম্বদা শেল য়াম্না তিংথ্রবনি। ঐখোয়গী পীক্তবা শোরাতনচিংবনস্লু ঐখোয়বু শিজ্রিভৈদা হন্না হন্না হাৎলে। পুন্নমক্কী মপু ওইরিবা ইপা মঙোন্দা ঐখোয়না ঙমজবা কৎপদা করি কায়বা লৈবগে? মশু শুরোন্না মপু পুরেনবগী কর্ম্মদা পুখিবা শেনফম শিংবা লোইনদ্রি। মসিমক পাপ মখল অমনি খন্নবা কৈ। মণিহার হৌজিক পৈশা খিবা তারি। মীস্লু হায়নৈ হায়দুনা অমুমচাদা লুপা ১০০ পীনবা

হায়জরুই। নিবা নত্তে। খা অমগী তলব কংনদ্রিবনি। হান্না ১০০ দং পীবিনবা হায়রুবনি। অদুবু "পৈশা অমত লৈতে, ইবুংঙো। থবৎ তৎলে।" 'B. T.' তম্বা চৎনবা হায়বদা হরাউ হরাউ খুমদুনা মখা তানা রাঙাংখিদে খন্দুনা অসুম্না খুম্নকপদা ইকাইনা হল্লকই। অদুগা, মতুংদা সনামচা অদুগা পিশকখোয়না হায়-রুবদি ১০০ | ১৫০ কোক কোক লাম্থোকখি হায়বসি তাঁবদা চাক য়াদে। অদুবু তোংনরিবা একাগাড়ী থমদুনা হায়রিবা শেনফমদু ফংলবদা মপাগী নাক্তা য়ৌখি।

'October' গী তারিক ৩ থাংজ নুমিত্তা মণিহার ময়ুম মনাক্কী স্কুল অমদা হোংনবা দরখাস্ত থাখ্রে। ওঝা গোপালদগী মরমচৎ অমসুং মানা তৌবা ওম্বা থবক্কী মরোল য়াওবা চে অমম্তু ফংনবা তরুখি। ওঝা অহন্না হংই "কারগীনো, ওঝা, মণিহার ?" তাক্তবা য়াদ্রদুনা "ওঝা ঐ 'Interview' অমত য়াওজগে। অদুগা চৎপমক্তি খঞ্জদ্রি। লৈকাইগী স্কুলনি। অদুনা লাক্কদবা মতুংগী 'Interview' দা পুজগদবা ওঝাগী 'Reco-mmendation' নি পামজরিবসি," খুমই। তশেংনমক চৎলগে খন্দুনা তৌরিবনি। অদুবু মাগী তলবকী লুপা থরদি চপখিগে থনবনা অমুমচাগী মনাকোং য়ৌহন্নিংদবদগী শন্দোকপা কিজরি। ফত্তবা মীগা তিন্নরগা ফত্তে হায়নবগুম মণিহার লান্দবা গোপালদা অশেংবা তাক্ত্রে। অদুবু মহাক্না "ঈশ্বর, ননাইবু কনবিয়ু। মীগী মরল হূরান্দ্রবসু অদুগা অতৈ ফত্তবা থবক তৌরুদ্রবসু ইশাগী ওইজবা তানবদা ঐসু মীঙোন্দা চীন্থিবা ওইরে। পাপ-

চেনবা ঐবু শাকপিয়ু!" শোইঞ্জে। অদুগা, গোপালসু অমুমচা-খোয়গা খাইবুং খাইবুংনরবনি। অদুনা পীরে 'Recommendation' অসুমা :—

**OFFICE OF THE HEAD MASTER,**
**..........................HIGH SCHOOL.**

*To whom it may concern :—*

**It is to certify that Sri Kh. Manihar Singh, B. A., S/o. Sri Kh. Ningthemjao Singh.................has been serving is this school since the 1st Nov./62. He also acted in the capacity of Offg. Head Master for some time. He is exceptionally good in teaching English and Geography in top classes. His punctuality and regularity is commendable. He is a young man of sound health and good moral character. The undersigned wishes him every success in future life.**

*Dated,* Th. Gopal Singh.
*the 7th Oct./64.* *Head Master,*
...............HIGH SCHOOL.

---

## (৭) রাখল পন্থং

অহানবা 'Interview' লোইরবদা মণিহারনা অতোৌবদা শোয়দনা খল্লকপা য়াবগী খাক্তা লৈ হায়না থওহনখ্রে। অদুগা, কায়নরোইদবা ভায়রোইদবা মীগা খাপ্পরগনি খল্লুবদা সুংঙাইবদি মপুঙ ফাদে। মণিতোম্বী অতোৌবগী মচৌন্দগী নিঙজবগী রামদৈ

খঙজরে। শোইঞ্জে "করম্বা মতমদা পূন্না পুন্সি খোঙচৎমিন্নরগবা।" অমুমচানা অতোপ্পা মমৌ কংবগী মঙলুবা মঙ পূমকায় কায়রে। তম্ফাবু মরক মরক্তা শেংকাস্তনা খল্লকপ্‌শুম তৌরি। ঙুংঙাইদা! হে ওইজ তানবা!

ইবেচা চীংলৌ তম্লৌ অনিমক্তা মচাশিং পু পুহনা থুৎলঙ চৎপদন তমকৌ চীংকৌনা মম! মচা মখোয়বু য়োক্লাক্ল। ঙসিস্মু চীংলৌ থাওবা চৎখি। মবেম্না মশু তরংখোম্বা লৌরি, তম্ফা মণিনা লৌরেল থাঙ্গোল পায়হনা মচু শেংলবা পামলৌ কৌবাল কন্না থাওরি। তরংখোম্বা তূম্লিংবনে, পলেম খোমলাং লাম্বনে চীংমায় নিম্না নান্না মীকপ্তা কন্থী থারক্লে। শিল্লোইনবঃ হোৎ-নবদা তানা তানা তম্ফা লাক্কে। মবেল্লস্মু খিনবিরুদে। শাউবু শাউরি অপিশক্তুদা "হৈ হিংচা-ম্নাইতম্বা! করি তৌরবগে নংবু? থীদকো নংগী মীকপসে!" মশাবুস্মু পেঞ্জদবনা চৈরি "হন্নুরগা চীংথক্তা নাউয়োইহনা লেল্লিবী ইবেচা! থীঙ্গমাল্লেদকো নংগী মপোক অসি! ইচা, লৈশাবীবুস্মু ইয়ুমদা নিনিদ শুনা লৈহনবা ঙমদে!" অয়ানবা মরিক পক্তিত্রবা খোমলাংদনা চাউরিবা তরংখোম্বা মবোক্লা ঙাংনা ঙাংনা পম্না লৌশঙ মপাল কোয়চৎ চৎনা খেম্বদা মমিৎ উইথপ্রে। তূমথরকপদা মশুবু মবেম্না কোন-শৈঞ্জে মথাদা! নিঙঙমজরক্কে চৈখিবা। লেঙদনা তূমথপ্রবদা শুমজরে লৌতাংশঙগী মাঙ্গোলদা। মবেম্না নাক্তা শঙয়াঙ য়ুম্বীদা ঙাহনা মশুদা তোংলবা তুমিৎনচিংবা হুংজরি।

সুংথিলগী মতম হৌরে। সুংশারক্তা রাশাং অনিথক পুত্থনা সুপা। অমথক ইবেচাগী লৌ শমলকই। সুপাদো রাহু থম্নগা মগু মবেম্না লৈরিবা লৌশঙ অদোমদা ঙক্না মুম্না য়েংত্লনা লৈখ্রে। কিবস্থু মাল্লি মতৌহু। মা চংশিনখ্রে শঙ অদোমদা। ইহে! উইরম্বদগী মগুগী নাক্তা তুমথখ্রবী ইবেচাগী মনাক্তা চাউরবা লিল অমা খোঁশাদনা চত্তুনা লৈরে। সুপাত্থনা "এ! সিদি অঙা স্থ স্নাওরিনা! অহনসিবু হৌদোক্লবস্থ খুদোংখীবা নংবা য়াই। করম তৌগনি! এ! এ! অঙাংগী লুথুমলোমদা হাইরে লিল অসে! উম! মা মকোক মখৈদি তেন্দোকখ্রে। অহুবু অমুক পন্দুনা লৈরে। ফরে, তাঞ্জাসিদা ঐনা ঙখা তৌরগে!" মাবু হাৎপস্থ য়াদ সুংশা থীনা লৈক্লরগা অরাম খোঁরাং কাউরবা অমোন অনান থিদমখৈ উতুপ তাবগুম তুম্লবা, তরংখোম্বা পমখত্তুনা মবেন্দা "ইন্দোল! ইন্দোল!" কৌনা হৌদোকখ্রে। ইথক থকই ইবেচা "হৈমা কনানো? করিগীনো অঙাংদি?" মীখোন তাবদা লেঙ লেঙ ফৌরক চংবা হৌরক্লবা লিন্দুবু মশক তাক্না তাক্না মকোক্তা কোয়ৌ মৈশা কোক্লবা য়েৎপা খুদৈহু লৌখোক্লগা "ঐনি ইন্দোল, মণিহারনি!" তাকখ্রে। ঙাংনারিহৈদা থুংলরে অত্তৌবস্থ। মবেন্দা শিন্নরে হৌরবা তরংখোম্বা। তন্ফা মাপতোম্বীস্থ চৎখ্রবা পাঙ্গল হাঞ্জিনবস্থ ওইনা মচেম্না খোম্লাং তোয়না ঈহৌরক্লবদা চংজকম লৌশঙ তম্লক্লে। য়োরবদা ইঙক ঙক্লে। হৌজিক খোকাখবা মকোক্কগী লীত্তনা খঙহল্লে; চনীং তানরমদবা তিল্লাং খয়োৎনহল্লে। য়েক্ল লিঞ্জাও চেন্দ

থগুইদবা মপুন্সি লোইকম থিরবোই। অঙোৌবগী মখুত্তা মথরায় হৃকচাং কায়নরেদা! মথরায় য়াওজ্রবত্তুবু থাপ্পবা মীখোঙ য়েৌদবা নারক্তা লংখোক্লবা মণিহায়না চৈনা কোন্থুনা পুনবা তৌরকপদা ন্নুপিজ্ঞা ওইবীমখৈদি ইনৌ নৌনা তথক্লে। লৈমায় শোরো শোরো চিংনা পুখ্রে। মতুং ওস্থোকথ্রবদা হায়া লুনা নিঙজ্রবা মখোয়না মাবু থম্মোইদা কোনশিনজখি।

অঙোৌবনা মণিহারগা লোৌয়ননা চীংন্নুংদগী অয়ানবা য়া থাঙ-দোকলুবনি। লোইরহুনা হল্লকপদা অনি অনি পুহুনা তম্পাক লম্বী তুইল্লকপদা মখোয়গী পাম্নৌ শমলকপনি। মণিহারনা লিন্দু হুন্দোকলুরগা হল্লকপদা লাকখিবা লম্বী তুং ইল্লক্লে। ওসি খাউখিবা কৌবোল্লক্তা শয়ক্লে। থরা চংলক্লগা লৌয়োক থাদা ঈপুনবা তুম্বা অমা থেংনয়ে। হৌজিক্ক পুক্লুং তমখিবা থবীগী মকুম্ন চরুখোক্লক্তা তারম্মী। অন্নুম কোয়না হম্না য়েংবদা থাঙ্গোল অনিস্নু পোত্থাত্নুনা লৈবা উরে। মচীন-মনাওনা মকম-সিদা ওসিগী মথৌ তৌরম্বনি। মণিহার থাঙ্গোল অমা পায়-থংলগা খাওথ্রে খাওদ্রিবা কৌবালা অশোমদগী ওসিদি মতাংসিদা য়ুমদন্নু কৌ চেং শুরমদবনা, নোংমগী থবক খোঙলোয়বা মণি-তোম্বীবু মচেনা তুম্বা থাঙ্গোলনচিংবত্ন লৌননবা থারকই। "হৈমা লৌ খাওহুনা অমুক লৈখোক্লে!" মণিতোম্বীনা মশিঙ্গাং নত্তবা খোৌদা মথরায়না পায়া চংশিল্লিবা মণিহারবু উবদা থক্লে। মাদি থাঙ্গোল লৌগে লাকপনি। করম্না থঙংন্দুনা হায়রকপা তাক্ক-দৌরি? চানক্লবা হায়হুনি, হেক ওস্থারকই। 'হৈমা!' মণিহায়

মপুক্লিংদা খল্লুদনা ওক্লবনা নোকফেৎ তৌই। হাম্না উগ্রবনা মায়ওক্লবা পাঙ্গল ফংজদবনা থৈদোকচৈ মণিতোম্বী। মপুক্তদি চন্দনা লেংগ্রে লীথোকচনিংবা ৱাফম কয়া। অসিদা নুজা মশক উবদা পাখং মাস্থু পুক্লিং ঈহৌ অনৌবা ফংই। মাস্থু ৱাহৌবদি ঙমদে। ইনক নক্না লোম্থোক্লদে। মণিতোম্বী পুগদবা পায়রগা হন্নবা তৌগ্রে। লায়রবীগী মরুপ তুম্বাদো নিংঙোল মরুম তান্নবদা ৱাবনা পন্দোল লোমজখি। "হল্লগেরা, মণি ?" খামজরকই পুন্সিগী মায়ওক ৱাঙাং অহানবা ওইনা। "হনবা তারমাল্লে……।" শোম্থাংননা নমহায় খুম্লগা লেপকক তৌরিদৈদা "অহুদি, সে, মসিস্থু……।" থাঙ্গোলহু লাম্থোরকই। পেন্না ঈংনা য়েংজনিংবনা ইকাই লুরুক্লরিবী মাগী মায়থোঙ তান্নবদা খুৎশিন্নবীগ্রবা থাঙ্গোলনা ওইনরহুনা, মায়শোনবীগী খুংনসু ফংঙমদবনা, লৈমায়দা তাখি। "ইহে মিৎকা খুৎকা তিন্নগ্রে!" খুঙ্গত্তুনা পীরে মখুত্তা "কনাবু উবদা চোইবিরিবনো?" পুক্লিং তনিক তনিক খুমজরকই তুশোনবীস্থু। "মণি, ঐসে কনাগীস্থু ওইগ্রবনি, .নং থাজগ্রা?" "হায়বিরিবনা অচুম্বা ওইরবদি শোয়দবা খঙজনিংই।" মথা তারক্লবদা লানখিবা থাঙ্গোল হন্না লৌরগা শরী পন্দোল লোমগ্রে। নিংঙোল মাস্থু মশাবী কাদা মান্নবা ৱাশক্তা পুক্লিংগী ৱারোল ফোঙগ্রে। মথং মথং হন্নখিহুনা খুংলবদা মখোয় লোইনমক কুম্নগ্রে।

মথং মথং 'Interview' অনিমক্তা কাহুনা মণিহার ২। ১১। ৬৪ নিংখৌকাবদা অনকপা ইম্ফালগী স্কুলহুদা অনৌবা

ওঝা অমা ওইখ্রে। অদুবু অশাউবা রাফমদগী তাল্লকপা অপাম্বা ওইবনা ঈংথরক্লবা মপুক্লিংদা নিঙগুদ মৈশা লাংলক্লে। "ঐনা লাঞ্জদবা ওঝা অহল গোপালদা ইশাগী ওইজবা থিবদা ওইদবা হায়রম্মী। পৈশা থরা চেন্নরক্লবা হোৎনবদসু নুংশিরবা ছাত্র অমস্তুং ওঝাশিংগসু পুক্লিং শকখঙননা কায়নরক্তে। থুরা অমুমচা! নংদনা থোকহল্লিবনিদো। মনুং মপাল মম্বা নংগী মীথোন্দবা রাঙাংনা ঐবু শা ওইহল্লে। নংগী লৌনম রাঙাং মচু শঙবনা ঐবু কায়ন পুংকমদা থাগৎকনি খল্লুবদগীসু পিজেন্দবা থম্মোই নুংগুম থোক্তবা ওইরুরে ঐসি। ঐসু মীনি। শেৎন রাহৈদা কায়ন পিরিক শিন্থগনবা পুকনৌবনি ঐসু। অদুবু শারমচৎ পাম্বগা তিন্নরুবনা থাদোকলুরে হৌন মীরমচৎ!" অদুবু মণি-হারবু মাগী কায়নরবা ছাত্রশিংনা অমুমচাগী মীচান্দবা মতৌদা শাউখিবনি খঙনদুনা লম্বী লমখাংদা অদুম চাল্লি।

মণিহার কায়ন মৈচাক কোক্লি ঙৈদা মপা লৈতবনা নৌনা অমুক ওৎলরে। অদুবু মপা লায়য়েংবগী মতাংদদি পেন্দবা অমত লৈখিদে। মাগী গাড়ী হৌজিক ফাওবা হন্দোক্লি। অমুমচাগী শেলমক ওইরগদবা মণিগী তলব লুপা ১৫০ গী মনুংদগী লুপা ৫১ দনি মানা কেরাণী ফৈজাউদগী পুরকপাসি। অদুবু অমুমচাদি মাগী অহনগী মরলমক হুখিবগুম শাউবনা মশাদু, মণিহারনা চৎখবা মতুং থাখায় অমরোমদি মরক মরক্তা পৈশা-দুগী রাফমসি হেক নিঙশিংবদা, থক থক নিকই! থরো থরো ওন্দুনা হেক খাঙনিংই। থরনা "পেল্লিদা অমুবা!" ঙাংনৈ।

মথং মথং চৎখিবা খোদোকশিংগী তু-উল্লকপা অতৈস্থ খঙবিরো। অরাবদি, মণিতোম্বীস্থ মমা কায়নরে। অপোকপীনা ভাইবং কোম্হোং লানথ্রবদা মচীন মনাওবু মথুরা তোমচৌখোয়না থংনবা ইংখোলদা পুশিনবিশ্রে। কোনবিনিংভাউ লৈত্রবদা মখোয়বু 'অভাং মতিক ওইদবা লোইবী চৌংমায় লৌপাল খোরমদা মথুরা মন্দোনখোয়না মতেং পীবরি। নিংথম থাজিন্দা লৌশূ পাস্থাদা ময়াম্না অরা পোখোক্লরিভৈদা মণিতোম্বী চৌংথক্কা মশাবী মরম য়েংলপা পুক্লিং খোয়রাংজৈ; লোয়া কপ্পা লেপ্পে —

চৌংনুং হরি শৈহৈবা,
ঈচু থারোই মতমদা
লোইবী ঈখোল নমহৎনা
খোম্থাং য়ৈনা শৈশকপা,
নোংদোল থক্তা পাইরিবা
পোখ্নদবা চেক্লাচা,
শরদ থাগী তরুবা
মাগী তম্পাক নিংথিবা,
ওইরে পুম্বা খোয়রাংবা
পীরে পিরাং কংদবা।

নিংথম থাশীং থয়া চৎশ্রে। মপা হেক লৈখিদবদগী মমাতোয়া পুককবী শাহুনা শেল চংদনা হোঙবা য়ানি থন্দুনা খোইবীবু য়ায়া পামশিল্লকই। মপা নিংথেমজাউদি মচাগী পুক্লং মুয়া থঙবনা খোইবীবু খোইনা থনখিদে। মণিহার মীওৎপা

অমুমচাগী লেমলৈ ভাঙৌ কম্বীদগী তাথ্রে পুকখঙদবী অক শাবী মমাঙোন ঙোনজাউবীগী পামদবা পুক্লিং মৈরক্কা। অসি-গীস্থ মথক্কা লৈখিদে। সুংশি রাশক অরাবা। অদুগা, থম্বালৈগী মফমদা মণিহার লঙজবস্থ পামদ্রি। খোইবীবু ইবোতোম্বীগী হায়নিংখি হায়বসিস্থ খল্লি মানা। অদুনা মা পুরে চিন্তা পোৎলুম অচৌবা। অদুবু খুম্নৌদা কুমগী কুশ্মে মুমিৎশিংদা কিনা ইকাইনা লোৎনা চৎলৈ।

অমুমচাগী রাকম অমুক থুংলরে। মীখল্দা মীরেপ ওইরুবা শেলস্থ মাঙলবনি। মিংচৎস্থ খীরে অমুকস্থ। ওইজবদ খিবনা মশাগী, ওইরে রত্নাকর লীশিংদগী হেন্না তঃখিবা! মাবু করম্বা মুণিনা ওইহনগদগে ধর্ম্মচেনবা? অদুগা, সুংশিরৈবু শেম্বদা ইকাইবা নংথ্রবস্থ, পামজবা মমৌহন কংবগী লম্বীদগী থাপ্লবস্থ, তোংজব্রবা মীখনগী মীরেপ ওইরুরবস্থ মচা ইবোতোম্বীগী রাখলনা মস্নবা মপুন্সি লমশাংদা থাংমৈ ওইজরি। থারোই মাদি মাগী পামজনা শঙলবা কোক্তুবা তোংজবদ খিবা মচু। কুইনা নম্মুরবা তুংদা খোইববু মণিহারগী মহুত্তা পুশিনখি।

অখোইবা মীখনগী মতুংদা 'H S,L C. Examination' স্থ লাক্লে! ১৯৬৭কী অচৌবা পরিক্ষাসিদা মণিহারগী মরৈকাই স্কুলসিস্থ অচৌবা খৌদাং য়াখি। ওঝা পুম্বা পরিক্ষা ভাকপা শঙবগী থবক য়াঙনখি। মণিহারদি মখোঙ ওইদা য়োপীনা খিন্দুনা থবক অমত য়াংওঙমদনা লৈখি। পরিক্ষাসি থারিবশিংগী মরক্তা কত্তবদ হৈনরকপা মীওই কয়াস্থ য়াওখি। মখোয়বু

চাঞ্জবা পরিক্ষা মাওহনবশিংনা মখোয়না তৌবা খুদিং চুম্মি থম্না অচুম্বগা শীংনম্ভনা ইরিবশিংবু মখোয়মা হেক লাম্ছোক-পিরগদৌবগুম, মপান্দা মতি ময়া খুদিং ঈনোম নোম্লা, পাংশিল্লি। মখোয়না তৌবা খিংমা থিংনা লমহেনবা অমনা থোঙনাউদা অশেম্বা পাউখুম পুবা চেতুম অমা লংশিল্লম্মী। ঈরাং লাংনখি। মশক খঙহৌবা অচুম্বা ঙাকপশিংনা তাম্নমুনা কারে। থোইবা কৌবা থোইবীগী মবুংহু ওইরম্লে। মাদি হুরাল লম্বী চংপা কনাগী ফিক্লুং থাংমৈ ওইরুবনো! মাম্ল ওঝা অমা ওইরবা নত্রা? খঙদে! লায়য়েংগদবনা লায়না শন্দোরক্লবদি কনানা থিংগনি? থোইবগী অশোয়বনা মণিহারগী পোত্থাকম থংত্রবা মপুক্লিংদা অচেৎপা কুংঙাইবা পীররে। মমাতোনগী রা, থোইবীবু পাম্বা অকোংবা মতৌহু তুমিম্না মাঙত্রে মবুংগী লমচত্তা।

পরিক্ষা লোইগদবা নোংমত ঙায়রে। ওঝা অমা খুদক্তা মচাতুপী লুহোংগদবনা পরিক্ষা য়াওদবা তারে। মণিহার কোয়চৎ চৎপা ঙম্লবনা ওঝাহুগী মহুৎ শিন্দুনা পরিক্ষাহু য়াঙবা তাত্রে। মাদি কা কাদা তারিবশিংনা রারক্লবা অহুগা চখোক্তবা য়াত্রবা মতমদা ঙাইহাক ঙাইহাক শিনগদবা অমা ওইনা লৈবনি। মাবু ইখঙ খঙহৌদনা ওঝা অমনা কৌরকই। মানা পুরিবা কাদা হেক চংবগা ফিজেৎনা অহুগা মশম অমম্লুং মকোইনা মশক লোৎপা কমহুনা ইরম্বা অমথক থোঙনাও ফাওদোক্লুনা চেনত্রে। কনা ওইরিগবা! ইহে! ওম্লোকপা মতৌ ঙাক্ত! মীতোপ কনা ওইরমত্রে! সনামচানি! সনামচা! কনাগী ল্হুত্তা মানা?

ইবোতোম্বীগী। অমুমচাগী মচা ইবোতোম্বীগী। মপানা মচাগী সনামচা লাইরিক ফবদগী পরিক্ষা লৈরম্লিবা। মথাদা লুপা ৫০০। ৬০০ য়ৌই হায়নৈ। অদুবু সনামচাদি মুংশিরৈবুসু ফংনিংবনা ৩০০ দং শিত্তুনা য়োনবনি। অদুবু তান্দনা চেনখ্রে। হুরাল পোৎয়োল্লম্বা পোৎলৈরম্বশিংবু লৈবাক্তী অওম্বশিংনা মায়গৈ তন্না শীম্না তাম্নরকপদগী চেন্নখ্রে চেন্নরবা খুদিংমক। সনামচা, অমু-মচা, ইবোচা ইবোতোম্বী লোইনা লোৎখ্রে।

তরংখোম্বা নাহুৎ ন্নারেং তমখ্রে। মপা ইবোচা মচাগী-দমক নাহুৎ খোরম নংনবা সনা মথায় মথায়না নাগী লৈতেং শাহুনা থমজখি। অদুবু, পীবা ওমদনা ইকাইবা পোকচরে। মপুরিং ইরাও লাওইডৈদা মনাওগী পরিক্ষানা মশক অমুক উইহন্দ্রে।

থাথায় অমুক হোৌখ্রে। চীংমুং মানহুংদা লোৎলিবা সনা-মচাহু কায়নবা ওমদ্রবা য়ুনা শোলহল্লিডৈদা থেক খোয়বা চীংচেপ লৈঙাং লম্বীদগী ঈচেল লেপ্লবা অওম্বা লোক্তী নুংলক ঈরমদা তাশিন্দুনা শোর চনীং চমাও তৎনরিডৈদা থিরিবশিংনা ফারে। ইম্ফাল সনা কৈথেলনা মবুক থল্লকপা মতমদা মশক মচু মাওলবা সনামচাবু হরাগাড়ীদা হাপ্তুনা লম্বী মীরক থায়না মরাল লৈবা থুংফমদা পুশিল্লক্লে।

১৯৬৭ অসিদা ওঝাশিংগী হাপকৎলবা তল্লবক্তী মতুং ইন্না হৌখিবা থা কয়ামরুওগী লৈহৌবা শেন্নীংগী শেনবুন ফংনরে। মণিহারগীসু অমুমচাগী স্কুলদগী লুপা ৫০০ রোম ফংগদবা লৈ।

মণিহারনা অপাৰীগী মচীন্দগী তলবতগী চেন্না পুখিবা য়াইমা অমসুং ইবোচৌখোয়দি মখোয়গী 'Arrear' কংনরে হায়বসি তাহনা মাস্থ মাগী লৌনবা ১১। ৭। ৬৭ তা অমুমচা উনরে। খৎনবা লাকপা তারে। মাগীদি মক্ষম খণ্ডিদ্রি তায়রে। ওন্থোক্না মুংঙাইতনা লৈরম্নমাল্লে! লুপা ১৭০। ১০০ হাংখিবশিংনা ফংলগা মাগী তলবতগী লুপা ৫১ দং লৌখিবা মাগীদি করম্না পীরোচ? অত্তবু মুক্নরে।

অমু—ইবুঙোদি ঐখোয়বু কাওখোক্লম্বা নত্ৰা?

মণি—ঐবুদি খুরানা হায়া হন হম্না তানখিবনিনা! রাখল ভুংহন্দুনা য়েংবিয়ু! খুরাগী স্কুলদা ঐগুম্বা কয়া লাকশ্ৰবগে? ঐবু পাঙদে, মীঙমদে হায়না খোওইবিদমাল্লে।

অমু—অত্তবু, করিগীনো ইবুঙোনা চেনখিববু?

মণি—ঐনা ইকাইমন্দবদগী লৈরম্বনি চহি অমা অনিতম্থ।

অমু—করম্বা মতমদা ঐনা তানখি? কনানা হায়?

মণি—মত্তগী সাক্ষীদি রাৎলোই! মপুনা তাল্লবদা ত ক্রমদনা চৎপনা লেম্মোইদ্রা? খুরাদদি তাকপা তাক্কবা চপ মান্নবনি। খুরাগী মীখোন্দবা রাঙাংনা ইপুক নাহনখিবদগী পৈশা খরা চেন্নখি। মত্ত ঐঙোন্দা হেঞ্জিনবা নত্তে। চোয়, থা অমগী মমাংদা খণ্ডহল্লমদনা তোকখিবগীদমক থাবুম ফাত্তনা ৩১। ১০। ৬৪ দা তলবতগী লুপা ৫১ লৌখিবহু 'October' গী তলব মাঙজহনা মখোই য়াওনা ঐগী লুপা ৫১৯ সিদগী ককাপহোরগা কংকম খোকপদি কংহনবিয়ু, খুরা!

অমু—অদু অদা খঙদে, ঐখোয় খল্লখিনি।

মণি—অদুগা, ঐঙোন্দগী হেন্না তমখিরবশিংগীদি করিগী খল্লবিদনা কোক কোক লাংম্বোকপিরবা ?

অমু—মদু ইবুংঙোনা খিগস্তুনা কাল্লরোই।

মণি—ও! ও! খুরাগী লৈবাক্কী থোরমদা ইরম মীরম খায়বদি তোকপিগ্রদনা। কাল্লদে, খুরা লেমখোকপিরে। খঙনবা লাকচবস্থু নত্তে।

অমু—কাল্লরোই, অঙাং। ঐবু তাকত্নু। নংনা ঐখোয়বু ইম্বোক্লুম্বদুদি ক্কজত্র ? নংবু কৈ হায়নখিদ্রা ?

মণি—খুরাগী হূ পুবা পুক্লিংগী শাশিন্নবা রাঙাংনা কায়ন-রমদাইদা উৎ চাইরগনি খনবদা অহনগী য়াইনা তুকথরবা ঐগী থরায়না কনামতবু য়ানিংখিদে। অদুবু, পুন্সিগী তিন্নবা য়ারশিংগা পুকমেন পাওমেন কায়নখিদবগী মৈশা লাংলি হৌজিকক্ক ও। ঐস্ন মীনি! অদুগা পুন্সিগী থৌঙম্বা শরুক্তি ওঝা'দ ওইরকই। মী কয়া কয়ানা থাগৎ থাগৎস্তুনা ইথৌ ওইদবা থবক কোঙ্গায় শূগল্লকই। ঐবু কৈ-য়েন পোল্লম শীঅন্নাখবা খুরাগুম্বদি থেংন-রক্তবনা করিস্নু খনখিদে। ঐগী থবক্কী মনাদি মীঙোন্দা হেক চেক পীথোকখিবদু ঐ করিস্নু হায়খিদে খুরাদা। মদু ঐগী লেমদবরা? অদুগা, অহনগী নরাহৈনা থম্মোই কায়হল্লবদা থু বিখিবা অকবদু পামখিদে। থোদোক কয়ানা ইশক ইপুক তাক্তুনা লৈরিবনি! অদুনা, অমা ওইরবস্নু, অমা ওইরবস্নু, ইরল মৎপিন্নু।

অমু—লৈতোন শরূ পান্দবা তৌগনু, অঙাং !

মণি—মীওই মপোক ফংলগা মখোঙ মরি পানবগী থম্মোই পানবা অহল, মিরল হাৎকনু ।

অমু—নংনা তৌদৌবা মফমদা তৌরুচো ! পৈশা অঙাংবী অমকাও তম্লোই ।

মণি—কৈ ! মহুদ হায়হন্নিংবনি ! অহুনিদনা পান্নিবদি ! অহুগা, অসিম'দ খঙউ অহল, ব্যবহারসু কায়রে, ইমিংদা লৌথোক্লিবা পৈশাহু করামহুনা পৈশা অমতং লান্না শীজিন্নবদা লৈঙাকপগী চৈরাক ফংজনি !

মনকক্তুবা মতম কাইথোক্তুনা লাকপসি রাহৈ লানফমদগী, চান্নবীগীদস্যু হাইজিল্লমদনা ময়ুম মায়গৈ মায়ওনখ্রে । মতুংদা, লৈরিবা ওঝা অয়াম্বনসু হান্নগী শেনফমশিংদি পীজ্রিবনা রারেপ্প-খিবগী তুংইমা নোংমা ছুটি ওইদনা মথৌ লেপখ্রে । ছাত্রশিংসু পেন্দবা ফোঙদোকখ্রে । ওঝাশিংগী ঈহৌদা ঈতিল্লরে খুঙ্গাশিংগী পুক্লিং ঈচেলসু । খুঙ্গাউ লম্পাক্তা পুন্না "২২ । ৭ । ৬৭ তা অমু-মচাবু লৌথোক্কদবনি ।" অয়োম্বা রারেপ লৌখ্রে । মণিহারসু মরকসিদা অপাবীদগী শেংনা অস্থুম্না তারে—মাগী লুপা ৫১৯ তুদগী ১৫০ শুম্বদং কখোক্লবদি মাগীসু পীরগনি । পুন্নমক্লা পেন্নত্রবা অয়োইবা থাক স্নৌরক্লবদা তোম্বা নিপাষচাখোয়না অমুমচাদা তকশিনবদগী খোকইবনি । অহুবু, অমুক কাতু-কারণ ঙাংবা তাবদগী মণিহারসু অথুবা অরেপ্পা পাউথুম তানখ্রে—

*TO*

**THE SECRETARY,.................HIGH SCHOOL.**

Sub :—*Request for a Prompt & Written Statement.*

*Sir,*

**I have the honour to state that I shall have boundless pleasure if you kindly make me understand the reason of your disliking to pay my due arrear which you desire, I think, to forfeit on the plea that I did not give one month's prior notice when I left your school; and for this, the money for October, '64 only will, if necessary, be the forfeiture resulting in the payment of my own share.**

**Donation ? Yes, I shall donate what I can, since danation is not subscription, when I, having the liberty to possess my property, get the money from you who have to send me a written statement of your decision on or before 20. 7. 67; or you should return the public money to the Government within the said period because you are not entitled to misuse it.**

**I conclude penning with this that in spite of your displeasing me when I came to you for talk, I get ready to make you glad if you pacify me.**

*Thank you.* *Yours faithfully,*

*Imphal,* KH. MANIHAR SINGH

*13-7-67.* ( A former asst. teacher,......High School. )

পাপকী ললমথৈনা মপাপ কোকঙমত্রিবা অমুমচাবু মণিহারগী চেয়োলশিংসিনা মীরমদা যমলৈবাক কংহনখি।

ভক্ষা কৈথেল কাখি। মুমিৎ ময়ুম চংখ্রে। মস্মে। শোয়োক অচৌবদগী মুপা অনিথরা নাউপুরবী যণবী অমা হোইহনা খুয়ৌ লম্বীয়োমদা হাইজিল্লকই। মরক মরক খুনিঙ-থেক শাবা লম্বীসিদা লৈরক খুল্লক হৈনবা জীপ অমা ওরুরে। অরাবা ওইরে। মুপা অনিহনা হোইরকপা যণবীহ গাড়ীহনা লম্বী লোখোংদা ইম্বগা মথক্তা নন্দুনা লৈখ্রে। লাইবক থীবী হিংলয়োই। "এ। গাড়ী থোবা কারসি!" লাউনরকপদা মমুংদগী অঙাং অমা য়েপ্লগা মুপা অমথক লোখোং লাম্না লোরক লোরী লম্বী তুংইম্না চেম্রবা হোৎনরকপদা মঙম শাক্সবা মুপাহ কারে। মথোয়না লাঙইথৈদা অতৈ খুয়ৌ খুঙ্গাশিংসু থুংলরে। মখোয় মরিহ পুম্নমক্তা থৌদোকশিংগা মরী লৈননা খঙনরবা ঙাক্তনি। গাড়ীথোবহ ইবোচানি। অঙাংহনা, মানা কল্লক ঈহল্দা য়াচং পোৎলাকপঙম, শাহিং পাম্বনা শহুম লাকপঙম, হুরাল্লকপা তরংথোম্বনি। অনিহনা ভোমচৌ অমুথোইনি ভোম-চৌগী কোন্দরুবী যণবীনি হোইরকপহ। ইকোয় কোয়না য়োম-ম্লনা ইনথৎ চিংথৎপদা কারক্লে গাড়ীমচা। যণহদি হিংজ্রবদা লোইশিন্নবা শীনখ্রে। পুম্নমক্তা ইবোচাবু, তরংথোম্বা উঙম্ননা ওমশিন্দুনা থৌদোককমদগী চাংথোঙলোমদা পুরক্লে। জীপংসু মথুং ইল্লক্লে।

পুম্নমক্তা পাময় লৈই চিংথিবনে, মণিহারগী চেনা মিপাক্ট-

হনবনে, মাগী ওইজ্রেব। জীপ্পা থুম্নোদা মচাগা পুম্না বন্দী ভাবনে, য়াখল চুমদবনা থবক্তা কাবা লৈত্রবা অমুমচাদি লৈক্রক অচৌবা থিখ্রে। মচাগী নাক্তা কৌবদা লাকপা লৈখিদ্রে। চৈশীং শেনশীং কক্তবা য়ারবান। অহুবু, কনাদস্থ য়াকস্তে তোমচৌনা। অচিংত্থমা লেপ্লে।

২১। ৭।৬৭ শুক্র পুর্ণিমাগী অয়ুক ওইরে। ইম্ফ.ল্লোমদগীস্থ মণিহারনা লুচিংহন। মমাঙৈগী ওঝা ইবোবী, ইমোবী, অচৌবী অহুগা মঙোন্দগী হান্না তোকখিবা কুলচন্দ্রখোয়স্থ অমুমচাগী শুমাংদা পুল্লরে। চৈয়াক কংলগনি থনবদা কিজবনা খুদাং পিকম তারবী থম্বাল্লেনা খোকখিবা থৌদোক্তী য়ারী তমজরি ওঝাশিংদা। মপুরোইবনা চেৎনা লোৎথ্রবদা খুম্নৈরোমদগীস্থ তোমচৌনা লুচিংহনা লালহৌরক্লে। থুংলরে শোরোক্তগী শুমাংকাও লেংনা। কাংবু অনি ভিম্নরবদা তোংলরে নিপামচা, অঙোবা, মনাওস্থ। থোরক্লে অতৈ খুঙ্গাউ অহনশিংস্থ। চৈতুপ খুৎপায় চেৎলবা চীন্না কোনগদবা খুম্নৌরোংগী অশাউ মৈহৌরবা শা ফরবা মীওই কয়াবু উবদা থম্বাল্লেদি হীক হীক কপখরে। মবাই জয়কুমারনা মশেনগী য়েক্লবা চাওখৎ য়ারী তাবদা চেঞ্জয়কুই তফিং তশিং। ময়ামদা থুক্রমজরম্লগা মমাক ইবোতোম্বীগী ভুংইন্না মশেনগী কাদা চংলগা য়ৌনা তম্বিহনা থওহল্লবদা মশেনবু মখুৎ শমজুনা তাইবং মীয়মচৎ খওজিবা নায়া লোয়নবগুম মাঙ্গোলদা পুখোয়ক্লগা পুথরক্লে শুমাংদা। খুক্রমহল্লি মৈতাল অরাবগুম্লবা মীয়ামহুদা। কপ্পা মখুবাং লোন, মখুকউ লৈদা

শৌ, চংজ ব্লারোল থারম্বদগী উনথুপ্লবা পুন্সি চেংজেল লোইর-ক্লবশিংগী খোজোন্দুনা অমকপমথৈ শেংলকপদা মমিৎ অনিছু ঈছৌ থাগী ঈপারবা চীংজাউ নাপোম ঈতুভকমগুম্লে। নোঙ্গরি—"অরিবা অনৌবা ওঝা পুম্বগী পৈশা লাম্থোকচরগে। স্কুলগী শেনফম ময়ামদা খুৎশিন্নহুনা ওসিদগী 'Secretary' হায়দোক-চরগে। ইশেনগী অমাঙবা হঞ্জিঞ্জরগে। ইমৌ ইশু পুশিঞ্জরগে। লমচৎ ফত্তবা য়োকচররোই। হৌগ্রবমথৈদি ঙাকপিরো। হৈবোংহুংগী ভুমিৎ ওইরুবা ওসি তাইবং মীপোক ফংজরে। কনবিরো পাপ-চেনববু।" কুমওন থাওন শীংখঙদনা ওইজশিংপা ব্লাখোক ঙাইরকপা ব্লাফম কয়া, ব্লারম লোঙনা ব্লারোইবা ওম্বা মীশক কয়া তিল্লবদা, খাকপা তৌদনা লাউথোকচরে।

মপানা খুম্নৌদা অফা অপুন নংহল্লিবা ইবোচাগী খনবদা ব্লাম্থরিবী মমাবু ইবোতোম্বীনা লাক্লবা উরকপদা থম্মোই নৌবশিংদি মপাগী মাঙলমচৎ কাউনহুনা মিৎ মন্নবা মচাগী মতেং পীগ্রে। অশাউ মৈচাক হন্থনরে।

জয়কুমারনা মশেন কন্নবা লুপা ১০০০০ না চোল্লবা শেঙ্গাউ লোয়নরকই। খরা লৈজরম্বগা তিন্নহুনা শেনফম পুম্বা শেংদোকখ্রে। মপুক্লিং কিশি থাংদনা মণিহার লুপা ৩৫০ খক ফংখ্রে। অতৈ-গীস্থ থুংখ্রে। মশাগী ওইরম্বা স্কুলগী লুপা ৮০০০ মুক্তুস্র শিন্নরে ময়ামদা। ঙাই মরীগী ব্লাকম য়োরকপদা পুন্সি লৈপুল ওইনবগী মতাংদস্থ লৌথুপ লোকোইদবা ব্লাপুঙ ফংনরে। তন্ফা কৌবী ওসিদগী মপুরোইবগী নাক্তা লেঙদনা তাইবং কৈথেল থমদ্রিফাও





লৈরা তারে। ...বনা ফদোরকপদা লেমথোক্লগে, অদুু, লৈবাক মচা-তাবা মবাইনা লঙজখিবা পুম্ব। কোক্লব মশেনবু মণি অনিগী পম্থদনা থোক্লগদবা লুহোংবদা লুপা ৮০ পুথোক্তুনা নাকল অনিমক্কী ময়ায় লেপ্পা অহন ওইনবা তাকখ্রে পুম্নমক ঈংনা কায়নরে। মিপাইরুবী হুমিংলৈ মমা মচা ঈংলে। ঈথক কনবা ঈয়'য়দা লমথুং তানবদা নাইতোম্লগা শাবী শানৌ পুম্বসু, বিদায় পম্বুং ফংত্রবী তাংজবী লৈরাং পুন্সি শীংঙেল উতাংলৈ ওইজবী পাঙ্গল শোনবী মণিতোম্বীনা কোলো মিংহৌ মাম্নবা চাম্নবা মকাদা শাৎচরবদা, তুমা তুমা—অঙৌব লোইদাং, ইবোতোম্বী থোইবী, য়াইমা তোম্বীমচা, কালা থরো ঙৌ, অহুগা দণ্ডি ফংলিবা সনামচাদা হুংশিরৈ থুহুনা, তাইব য়ুম্বাল লম্বী চৎনবা তারে।

নৌনা লিংবা স্কুল থৌবুবা মীপুনগী মথাদা কমলেংদন ফত্তবা খিবিক তাকহন্দুনা লৈগ্রবা ওঝাহল গোপালনা, হৌখিব লোইনা থঙবনা, পুক্লিং মরোল নাইখিবা মণিহারবু য়েংনিংদব পোকখিদে। খোমদোল অমুচৌখোয়সু মথাদা ত্তঝা ওইরে পুম্নমক পেম্না পাম্নগ্রে।

ওইজ তানবদা মিংচৎ থীরবা, মরল তুম্নবা অমুমচাগী তাইব মীথাঙ ঝারীনা লমচৎ লায়না লায়য়েংবদা লেপ্পাইদনা তেঙবাংলসমু

---

লোইরবা॥